# মচু নাইবা মঙ

# ꯃꯆꯨ ꯅꯥꯏꯕ ꯃꯪ

খোইরোম ইন্দ্রজিং



বাংলাদেশকী মণিপুরী চেফোং আয়াম্বদা অমসুং মণিপুরগী পত্রিকাদা ফোঙখিবা আর্টিকল পুনমক খোমজিল্লগা অমুক নৌহৌনা *মচু নাইবা মঙ* হায়না মিংথোনজরগা লাইরিক ওইনা পুথোকচবনী। লাইরিক অসি শিংজুনি। বারী মচাওই, বারেংওই, নৈনাবারীওই, নোকক্রেম হাইক্রেমওই (বেলে লেটার্স), হন্দোকপা বারী চেফোংশিংদা ফোংনবা পুংইতা ইখিবশিং হৌজিক নৌহৌনা পারুরগদি হাপতোক হাপচিন, নানথোক নানশিন, খুৎ চংনিংবা থেংনৈ। মোত [illegible]





# মচু নাইবা মঙ

# ꯃꯆꯨ ꯅꯥꯏꯕꯥ ꯃꯉ



খোইরোম ইন্দ্রজিৎ

অহানবা ফোঙবা | রাসপূর্ণিমা ১৪১০ বঙ্গাব্দ
নভেম্বর ২০০৩

© | লেইশেম-লিকলা

ফোঙবিবা | খোইরোম চন্দ্রকলা



মখুম গ্রাফিক্স | অবিনাশ আচার্য

লাইরিক নমফম | মুদ্রণবিদ কম্পিউটার এন্ড অফসেট প্রিন্টার্স
কলেজ রোড, শ্রীমঙ্গল।

মমল | বাংলাদেশ-তা ৭৫ টাকা
ভারত-তা ৬০ রুপী

Mauchu Naiba Mauang | *A collection of short stories & others by Khoirom Indrajit in Manipuri*

ইমা ইপানা ঐগীতমক খনবদা মিপাই থিখিবদো
হৌজিকতি মপুগী থৌজালনা ঐবু নুংশিবিবা কয়ানা
অৱাবগী নোংজু নুংশা কোকখবে। অদু ওইরসু, ইমা
ইপাগীতমক কবিসু তৌবা ঙমখিদবদু খল্লবদা পেল্লকতে।
পেলহনবা ঙমখিদবগী দায় অদু কোকনবা মচু নাইবা মঙ
লাইবিক অসি চেং থোইদিং, হৈ, লৈনি খন্না ইমা ইপাগী
মীংদা কৎথোকচরি।

# কমপ্র্যামাইজ

- টেলিভিশনতা য়েংনা লৈরিসিবু করিনো খংদে। অঙাংশিং লাইরিক লাইশু পাবা মতমদসু টেলিভিশন হাংদোকলদি অঙাংশিংসু টেলিভিশন মনাক্তগী হেন্দোকউ য়াররোই। কৈদৌগে মতম মহামা নাইনা য়েং খোৎলসু ফবা।

- লাইগী ফিল্ম'মা সিরিয়্যাল পিরী। নঙসু ঙহাকতা য়েংউ ফজনা নুঙাই। মসিগী মতাংসি য়েংবা লোইরগা থিংজল্লদবনি।

- খংঙে। নখোয়গীদি মসিনা রুটিন'মা ওইরবনি।

- কোন্না ঙাংনসি। নঙগী ঙাংবসিদা করি হায়খ্রিবনো তাহৌদ্রবনি। রামায়ণগী নুঙায়খ্রবা রাবন-না সীতা হরণ তৌবগী মতাংনি।

  য়েংদুম য়েঙগে হায়না ফিরোন হোংনা হোংনা সোফাদা ফমদে। অহোকনা মবুকনিং চঙনা টেলিভিশনলোমদা মমায়শিংসে ওনশিন্না লৈনৈ। মীৎফম হোংদোকনদে। মরক মরকতা নিপা মচাদু পেং পাং ঙাংঙি। মমা-না তুমিন লৈয়ু হায়না লাওথৎলি। খিক খিক হেক নোকই। মচন নুপী-না দাদা ঙহাকতা তুমিন লৈয়ু হায়না মচিন মৌপা লাওনৈ। নিপা মচাদুনা মপাদা হংঙি- বাবা রামসি মতৌ মান্দে। চীংগী দৃশ্যসি ষ্টুডিওদা নম্বা ওইনা তৌইবু হায়বনে মওং মওং ঙাংবসিদা মচন নুপীদুনা প্লিজ ... অমুকতা তুমিন্ন লৈয়ু ... ঐখোয় অমুকতং য়েংগে হায়বা...। টেলিভিশন ঙহাকতং য়েংজবদুগা ঐখোয়না চবেং চবেং ঙাংশিনবদুগা মমা মচাসি চনিং চাখা'মা তানা য়েংবা হায়বদু হেক থোকতে। মপা মচাদি খরা য়েংবোই তাবোই য়ারী শাবা ইবেপ লেপতে। মপানা হেক হায়...

- টেলিভিশন য়েংবসি কোক চাথোকই। হায়বা লোইদ্রি মচা নিপাদুনা হেক খুম্মকই।

- মীনদি টেলিভিশন য়েংঙগা জ্ঞান শাল্লী হায়নৈ।

  মতৌ মওং য়েংবদা মীৎ-না চোকথৈ। থবক থনাদা মাই ওনশিননিংহল্লোই। অতৈসু মরম কয়ামা মাংনবা চাং লৈখ্রে। টেলিভিশন হায়বসিনা লাইরিক লাইশু পানিংবগী চাং বাৎহল্লী। মী তিননিংবগী চাংসু বাথরক্কনী। মকপ মপাং বাৎশল্লক্কনি। টেলিভিশনসি চাননা য়েংবা হৈন্খ্রদি ইমুং মনুংদগী থোকতবা য়ানা লৈরবা চাংনি। পৃথিবী-গী মীওই খুদিংগী বেড কমদা হিন্দী সংস্কৃতি-না পুময়োৎ য়োৎশনখ্রবনি। শাইগদবতা ঙায়রবনি। মলেমগী মীওইশিং হিন্দী তমদ্রবসু য়ানরে।

টেলিভিশনগী সিরিয়্যাল লোইরে।

- নহোয় নপা নচাগী বেরেং বেরেং ঙাংব'সিদা রামায়নগী নুঙায়খ্রবা সিরিয়্যালসি মরম মহা ইতা তাহন্দ্রবনি।

- ও... মরম মহা তদ্রবৌইরে। নহোয়নদি সীতাসি সতীনি হায়না শিংথানৈ। মরা মপুরোইবনা হায়বদি পুংইন ইনবা নুপী মান্দে।

- করিদা হায়বা ইনদগেনে। সীতাবু মপুরোইবনা হায়বা ইনদে হায়রিসিবু তৌহৈরম্মোই হায়নুদা মীনা তারগা পেং চোইরে হায়ননি।

- দো দো অদুননি ঐনা হায়রিদো। মীগী খংদে, লৈকায়গী খংদে মীরা ঙাংননু। ফৎতবা শরুকসি খংজনবদি ফৈ, হায়দোকপা নত্রগা গা গা লাওনা রারী শাগনু। কৌরকতে, ঙাঙক্তে, পিজরকতে, তরাম তরাম তৌরকতে, মী-বুতা শিথবা তৌকউ। থবক পুনমকতা চনিং হায়বমা চঙই। চনিঙ য়াওদ্রদি হায়না চৎনবা হায়বসিমসু খরা রাথলি হায়দ্রদো।

- সতী সীতাবু মবা মপুরোইবনা হায়বা ইলম্মোই হায়বদুগা মীরা ঙাংবগা করি মরি লৈনগেনে?

- নঙসি য়ামনা মরৈ থাংঙি। পজিটিভ ওইবা রাখল শানবা তম্মু।

- নঙদি পজিটিভ মুক হেক শাই। নেগেটিভমুক হেক ওনথোকই। চাননা রিল ওইনা কোনশিন্না লৈবদুনা হেন্না ফবা জাথনি।

- খন্দুনা য়েংউ। বনবাস চৎকদবা খোঙচৎতুগা নুপী নহা য়াওবা হায়বদু নুঙায়গদবা মানদে। চীংমাননী। নুপী নহানা তুংইনবা য়াবা মতম নৎতে হায়রিবা। কপ্পনে লাওবনে ঐগীদি হায়রিবসিনি। পৎ হেক তৎপা মওংদু ওইরমগনী।

- য়ে... ঈশ্বরগী খুৎশিন্নী। অদুগুম্বা'মা নৎতনা বাবন হাৎপা য়ারোইদবা অদুনা ঈশ্ববনা শিনবনী।

- শ্রীরাম ইবুঙোনা হায়রমগনী খল্লী। সীতে-চীংমান্নি নঙ তঙায়হৌরো। নিংথৌ কোনুংগী আয়াম্বা অঙম অথৌনা চিংবা প্রজাশিংনসু সীতাবু বন-দা চৎপগী বাফমসি য়ানবম্মোই। চক্রী কনমন্না শ্রীরাম ইবুঙোসু মতমদুগা খৎনা চৈনবা, লাওনা খোংনবা তল্লনা কর্নথি কাবোই - ফরে চর্থসি হায়না চৎপা ওইরমগনি। মতাংদু ঋষি বাল্মিকী মুনী-না খংঙসু ইনিংদবা, হায়নিংদব'মা ওইরমগনী।

- নঙগা মরৈ তাননা চাক কাখিনবনী। নহোয় নপা নচাসি অদুগুম্বা ওইদবঙাক ঙাংবনী।

- করিনো ওইদবা হায়ববু। ওইরিমীনে। রাবন-না ফারিবদু করিগীনো খংব্রা?

- করিগীনো-না।

- ও - অদুসু হায়বা ইন্দবগীনি।

- করম হায়না।

- শাংখ্রে। নঙনা ঙসাই য়েংখিবদুদি। মনাও ইবুঙো লক্ষণ-না করি হায়রম্মী। ইতৈমা চিংঙিবা পাকইসিগী রাংমা লানথোকপিখ্রুনু। হায়বমবা নত্রা?

হায়রম্মী। অদুবু পকই অদুদগী লানথোকনা পিদ্রবদি চাকনিবা বৈষ্ণবরূপী রাবন-না পিরিবা ফলমুল লৌরোই হায়রিদুদি।

এ ... মীনা হায়রে হায়নসু পুংথাতা থাজবা ওইরদি নঙ হয়েংমখৈ রামায়ণ য়েংঙুনুকো। রাবণগুমবা নুপানা ফংনরদি ফানা পুখিনি।

নঙসিনা ঐবু অমুকতং ফনা হায়রিবমতুং য়াওদ্রবনি।

য়েবা নঙবুদি হায়বা ইল্লিনে। নুপীশিংসে হায়না তানবা য়াদে হায়বগী রানি। মীঙোন্দা হায়দোকনদে। পুন্সিসি কমপ্র্যামাইজ-নি। কমপ্র্যামাইজ হায়বা রাফমসি ফিফটি ফিফটি রাখল পুখল মানবা অমা শাগৎপসিনি। কমপ্র্যামাইজ হায়বসি থবক খুদিংদা য়ানবা, থাদোক থাজিন, য়েংথোক য়েংশিন য়াওদনদি পুন্সিসিসু মপুং ফাব ওইথোকতে।

# সান সেইড মথক্তগী

মীৎকপ থোকপা পত্রিকাগী সম্পাদকনা সমাজগী ওইবা রারী মচা অমতং ইবিরকউ হায়না ইরকখিবা চিঠিগী মরোলনা ঐঙোন্দা ঙহাকতি থকচানহনখি। মরমদি চারগা হিংবা জীব অমগুম ঐনা লেল্লিবা পুন্সিসিদা সমাজগী, ইজাতিগী মরমদা খনবগী খুদোং চাবা অমুক লৈখিদ্রে। লনাইগী ওইনা হেন্না খনজিল্লুবা মরমনা সমাজকী রা খনবা হৈনহনখিদে। অদুবু লনাই পুন্সীগি ওইবা মতিক চারবরা হায়না খল্লুবা তারসু-চা থকনা হিংবা নৎতনা অরেপ্পা য়ুমফম লৈতে। মসিদসু মায় থীদবদি নত্তে। ইকায়বা নঙবা, মায় থীবা হায়বসিতবু ইশরুকলা হায়না খল্লে। মীওইবগী পুন্সিদা লেপ্তনা থেংনরিবা অরাবসিংগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না রাবিবসি হিংদুনা লৈবনি। হিংদুনা লৈবদা চঙডিবা মচাকশিংসি খল্লুবদা- হিংনিংদবা য়াওরকপা তাঞ্জা লাকই। মসিগী মনুঙদসু সমাজগী ইজাতিগী চাওখৎনবা খনবা হায়বসিতবু রাখললোন অমগী দরকার তাই।

মতম অমদা এ. কে, শেরামগা য়াম্না নকননা লৈমিন্নবগী খুদোং চাবমা ফংখি। মতম অদু নহা ওইরি। ফিজেৎ চাকচা য়াম্না নানবা, কেবা, চেন চোঙবদা অরাবা ফাওদবা মতমনি। চহি মতাং অদুনা অরাবা ফাওখিদে। অনা অয়েকনা তুহৎপা ঙমখিদে। সাহিত্য সংসদকী প্রাওত্রং ফৈত্রংলবা মরমমহা তাদবা কর্মী অমা ওইনা চেন চোংখি। য়াম্না খঙ হৈবা, ইবা খোৎপগী থবকতা নাচুংলুদে। মী য়াম্না তিল্লগা হরাওনিংবা, লাউ খোংলগা হবাওবা মতমনি। ইবা, পাবদা থৌওইনা পুক্লিং চেৎতবা ঐঙোন্দা অনন্তদা (শেরাম) না কন্না ইহন্নিংঙি। সাহিত্য সংসদকী আয়াম্বা থবকতা শরুক য়াহন্নিংই। অদুবু ঐগী থৌওইনা নাচুংদবা হৈনিংদবা উরগা শেরামনা ঐঙোন্দা অরুম্বা থৌদাং কয়ামকম শিনজল্লি। নোংমদি খঙহৌদনা রেডিও টোক (কথিকা) অমা ইরম্মু হায়না শিন্নরকই। কথিকা অসি করম্না ইগনি খনবদা জ্ঞানমেন তাখিদে। অয়ুক নুংথিল লেনখ্রে। নুংথাং য়ৌশল্লকপা মতমদা ঐনা ঙম্মবোই হায়না হায়খি। অনন্তদানা নোকনা নোকনা হায়রকখি ঙমদবা য়াবোই। হয়েং হাংচিৎ অডিশন তৌগদৌরিবনি। নঙনা যাহা ইবা অদু পাগদৌরিবনি। অমুক শেমদোক শেমজিন তৌরোই। মতম লৈত্রে, মদুগী বাংলা অনুবাদসু তৌদুনা থমম্মু হায়রগা অফিস কাখি। কবিনো তৌগদবা খনবদা বাখল লাম্বা ফংদ্রে। য়াম্না মতৌ মান্না চে, কলম পায়রগা পণ্ডিত অমগুম ফমনা রাখল খনবা হৌখিবম্মী। ককপগা ইবগা, ইবদগী ককপনা হেল্লবা চে অদু পাশিনবা থোকতবা মফমসু য়াওরে। ইবদি অমুক লেপত্রে। উচিন নাচিন লোইশিনখি। ঐনা ইবা রাবী (কথিকা) দু পুদুনা রেডিওদা পাথোরকখি।

মিনিট ২০ গী রেডিও দা শন্দোকনবা 'নুপীনা ইমুং মনুংগী শান্তিনি' হায়বা লিলা মচা অমা ইদবা য়াদে হায়না খরনিগী মতুংদা অমুক্কসু হায়রকখি। লীলা ইবা হায়বসিবু ঐনা ঙমগদবা মত্তং মানদে, ঙম্মোই হায়না হায়খি। দৃশ্যনা চিংবা পুথোকলগা চান্না চুনবা রাহে রাতা শিজিন্নবা অদুগীসু মথকতা মিনিট ২০গী অককনবা মতম অমদা লীলা মচা ওইহনবা ঙমগনী হায়বসি ঐগী রাখলদা উখিদে। অদুদগী মাকনা (শেরাম) ইখি ইরাই লায় না। ঐসু লীলাদুদা শরুক য়াখি। রেডিওদা শন্দোকখি। অনন্তদানা মতম পুনমকতা হায়খি- লাইরিক য়াম্না হৈরগতা

অচৌবা ফমদা থবক পাল্লগতা ইবা ঙমগনী হায়বা লৈতে। ইবা হায়বসিসু আর্ট মখলমনি। ঐখোয়না লাইরিক লাইসুসু মতিক চানা তমহৌদবনিনা মচু তানা ইবা ঙমগনি থাজদে হায়না হায়বা মতমদা হায়রকখি নঙনা ইরিবা অদুমনা ইউনিভার্সিটিগী ডিগ্রী পায়বা মীমনসু হেকতা পুংইতা ইবা ঙমগনী খনত্রা? পুংঙম ঙমনবা নত্তে। জ্ঞান হায়বসিদি নঙোন্দা য়াওরিবা অদুতনা শিজিন্নবগী পাম্বৈনা অয়ৌবা থাকতা কাবা য়াই হায়রকখি। অনন্তদানা ঐঙোন্দা নুংশিবিদুনা পুঙহাই হায়বা নত্রগা থাগৎপবা ওইরম্বা য়াই। সমাজগী ওইরিবা অয়াম্বা মীনদি খক ফৈ কৌবসি হায়নদে। ঐনা ফনা ইবা হৈ হায়রবসু আয়াম্বা মীনা লাইরিক লাইসু য়ান্না তমহৌদবা, শক নানবা কেরাণী, শেন পায়দবা, ঙাংবিয়াদুরা- হায়নরি।

ইউনিভার্সিটি তম্বুবা মাষ্টার্স লোইশিনদবা মীতৈ মচা'মনা ঐবু ফজনা খঙঙি। ঐখোয় অদোমগীনি। ঢাকা, চিটাগাং য়াম্না তোইনা চৎপা অচৌ অশাং য়াম্না তিন্নবা মীকাক কীদ্রবা নহা অমনি। ঐনা টাই পুল্লগা অফিস কাবসি উরগা মাকনা য়াম্না ইকাইবিবা মওংনি। মবম্দি ঐনা মাক্কুমনা ডিগ্রী পানদবা, স্কুল লানথোকপা অমনা অফিসকী কেরানী ওইরগা কবম্না টাই পুল্লগা অফিস কাবনো খনবদা অহৈ অশিং য়াম্না তানখিবম্মী। টাই'সি করম্বা মীওইনা পুনবা য়াই মসিনা চিংবা কয়ামকম হঙনা তানবা লেপখিদে। হায়বিবা মীওইসি নোংমা ঐনা থবক তৌবিবা ব্যাংকতুদা লাকখি। ঐবু খোঙদগী তোনফৌ য়েংঙি। অফিসকী অতৈ অতৈ থবক তৌমিন্নবিবা কোলিকশিংদসু য়েংঙি। মবক মরকতা হংঙকপসু য়াওই। কনানা কবম্বা থাক্কী থবক তৌবি, মসিনা চিংবা। মতাং'মদা ঐঙোন্দসু হংলকখি- করম্বা ফমদা লৈবনো হায়না। খ্বাইদগী হেন্না মাকনা খঙনিঙলিবা পাউখুমদি ডিগ্রী য়াওদবা, স্কুল লানথোকপা ঐনা টাই পুনবা যাত্রা অসিনি। মাক্কী ফুমবংননা লৈরিবা রাহং অদু অসুমনা হংলকখি তাদনা টাই পুন্না অফিস কারকলিবসি অফিসকী মকোকসিনা করিমত্তো হায়দ্রা। ঐনা খুমখি - ঙসিফাওদি হংঙকত্রে। স্যুট শেৎনা টাই পুন্না অফিস কারকপা যাদে হায়বসু হায়দে। পাউখুম অদু মাকনা পেনখিদে। মখা অমুক তানকখি -গ্রেজুয়েশন য়াওদবা মীওইনা টাই পুনবা য়াববা। যাত্রা য়াদবরা অদুদি ঐ খঙদ্রে, অদুগা ঐগীতা ওইনদি পুন্দুনা লাকলিবা অসিনি।

ইউনিভার্সিটি কাকবা ডিগ্রী পানবা মীওই অদু যাম্না পেন্দনা ব্যাংকতগী হনখি। মাক্কী খঙনা চান্নবা মকপ মপাঙ মরী মতাদা ঐনা টাই পুন্না চৎপসিগী মতাঙদা য়াম্না নৈনখি। য়াবদি মসিগী মতাঙসিদা সেমিনাব ওইনা পাঙথোকনিঙবগী মওংনি। হৌজিক-হৌজিকতি সাংস্কৃতিক পবিষদনা পাঙথোকপা 'সাংস্কৃতিক উৎসব' অসি য়াম্না চাওনা পাঙথোকই। মীতৈ খুংগঙ আয়াম্বদগী মী তিল্লী। মী থিৎনা তিল্লবা সাংস্কৃতিক উৎসবতা ডিগ্রী পানবা মীওই অদো স্যুট শেৎনা লাকখিরম্মী। স্যুট নৌনা দিন দু'দা শেৎলকপা ওইনা তৌই। মঙকশম য়াম্না হায়হুমনা শান্নৈ। মবক মবকতা টাইগি নট য়েংঙি। ঐগী মীৎয়েংদা স্যুট না হল্লী, মীনা মল্লি। নুবা চাকা কাব, অফা অপুন্নবা ওইনা তৌই। শেৎতোক চাথোকলগা ফজবা হায়বমসু লৈ। অদুমনসু থোকতে। কুম্মৈ মপুঙ ফাগৎলকপা মতমদা মীসু পুঙশিল্লকপা হেল্লে। ক্রিক ক্রিক ইন্নবা মতমনি। স্যুট শেৎপা টাই পুনবা ঐঙোন্দা ইন্টাবভিউ লৌরম্বা ডিগ্রী পানবা মীতৈ মচাদু ফমফম ফংদদুনা বামোন ইমুংগী থোংবাগী সান সেইভ মথকতা য়োংগুমনা মকালাক ইশাং

শাংবদু থাদদুনা ফম্মী। মখোঙগী খোঙউপ অদুনা চাওবদা হীনাওমুক চাওই। সান সেইড মথকতা ফমলবসু মবুকনিংদা টাই নৌনা পুনবগী নুঙায়বা ইথিন অদুনা লৈশাবী মচাশিংদা কোইরুক কোইরুক য়েংজে। পাউডার য়াম্না হা- না তৈবা লৈশাবী মচাশিংগা হনখিবা উই।

বাংলাদেশতা মীতৈনা খুন্দাদুনা লৈরিবসি মতম কুইরে। শুরোন কয়া হৌখ্রে। ঐখোয়গী ওইবা মরিক চুম্বা ইতিহাস অমা সরকারগী থোঙদা য়ৌহনবা ঙমদ্রি। মরমদি লাইরিক লাইশু হৈবা বাখন খনবদা মতিক চারবা কাঙবুশিংনা নাতৈ চাদনা লেমথোকনা লৈনৈ। মশাগীতা খনবা, তুম্বা চাবা নৎতনা অতৈ করিদসু থৌওইনা শরুক য়ানিংদবা অসিগুম্বা মরম কয়ানা লমদম অসিদা লৈনসু দেশসিগী নাগরিক অমা ওইনা ফংফম থোকপা অধিকারশিং তানবা ঙমদে। ঐখোয়গী ফংফম থোকপা হকশিং মী'না মুন্দুনা চারি। মীতৈ মচাশিংনা মশাগী অনুষ্ঠানদা টাই পুল্লগা বামোন ইমুংগী থোংবাগী সান সেইড মথক্তা য়োংগুম তাশিন্দুনা ফমদুনা কুম্মে য়েংঙি।

করিগুম্বা থবক অমা পায়খৎপা লোইদ্রিঙৈদা মরৈ য়েৎশিন্নগনী। অমনা তৌবা থবক অমনা শিংথানদে। চংশিনবা য়াবা, শুবা য়াবা কাফমদা চঙলোই। মণিপুরি হায়বা বাহৈ অসি শিজিন্ননিংবা কাংলুপমনা শিজিন্নবা হৌখ্রে। ইতিহাসকী মমায় লৈথোকখ্রে। লৈথোকখ্রবা মমায় অসি ওনশিন্নবা লায়েংবা তারদি লায়েংবা হৈবা ডাক্তার অমগী মতেং লৌবা তায়। ডাক্তাবনা য়েংগদবা লাইনা লাইশকতা মাইবনা লায়েংবদি অনাবা অদু ফরবসু শেংগম ফৈরম থোকপা মহৌশানি। মীতৈ নৎতবা কাঙলুপচাশিংনা মণিপুবী ললিতকলা একাডেমী লিঙখৎনা সরকারগী মতেংনা মখোয়বু মণিপুরী নি হায়না খঙনবা হৌরকই। ঐখোয়বুনা মণিপুরী মনুং চনবা মীতৈ ফুরুপ মণিপুরী হায়না মখোয়না শাগৎপা য়ুমফম অদুবু থাজহনবা ঙমখ্রে। মণিপুরী হায়বা বাহৈ অসি মীতৈবু তাকপনি হায়বা অচুম্বা বাফমসি বাংলাদেশ সরকাবদা মতিকচানা খঙহনবা ঙমদ্রি। জাতিমবু লকননা শিজন্নরিবা কবেম্নরিবা, মখোয়না হায়নিংবা হায়শিল্লগা তুমিন্না লৈথোকপা ঙম্বীবা কাংলুপশি তমথিববা জাতিমনি।

# নপাগী চা

- নঙ নপাগী চাসি পিররাউ।

নোংমগী অয়ুক অঙনবদা চাখুমসিদা লাউবু লাওবনে শুরু শুরু হঙ্গৎ হন্দা পেরে পেরে ঙাংবসি রেডিও ষ্টেশন নি। রেডিও ষ্টেশন হায়বগী মহুৎতা ষ্টেশন ফাব মতমদা চি চা কে কা মরোল খংদবা ষ্টেশন্দা য়েৎশিল্লকপগুম চু চা মখোন্না চাখুমসি ফুম নোম্মি। মতুগী ঙরং ঙরং লাওবা হেলিকাপ্টারগী শয়ুম ফংদবা নত্তে-চীংলেন। পাইথোক্কদবতা ঙায়রবনী। করিদি তৌরুনি। খরসু তাশন্না খাংজিনবা হৈনরবনি। তুম হৌগৎকদবা কিদুনা কম্বল মখাদা তাশিন কোনশিন্দুনা লেংলিশারি তন্দে মন্দে ফমুংদগী কুমথদগী নাতোন স্বর য়েংনা লৈরী হেলিকাপ্টাবগী শয়ুম ইংথবা ঙাইনা। অয়ুক ঙন্তাদা অঙনবা উচেক কৃাক অহানবা খোংবদা মীকপ থোকনৈ হায়বদু চীংলেনদি মাগী নুপীগী গা গা লাওবা খোলাওদা খংবোই লাকপোই মীকপ থোকপনা হৈনবী ওইববনি।

ময়েক চৎতবা পাব থোকতবা নুপিচাসু নত্তবা। থাইনা লাইরিক লাইশু হৈবীনি হায়নরিবা প্রেমিলানি। লাইগী তিনগী শক শোনবা লাইনিং লম্বীদসু থরাই য়াওগল্লী হায়নবা লৈরিবনী। অদুবু কবিগীনো খংদে মপুরোইববু তাথি তাওই মপা হায়রিবনো। মপা হায়বসিদা তানিংদবা খোনশিদা শকলকপা ঈশৈতৌনা, তানকাযদা মেন থাবতৌনা ইচান চানদবা, তাহৈদবা লোনখোন ওইনা নাকোংসিদা হেন্দি নোংনাংনা ঙংঙবতৌনা হেকতমক তৌই। কয়ারক হায়রে। কানবা কৌবসিমতদি কানৌ হাযবা য়াখিদ্রে। প্রেমিলাগী মওংসিদি সবকারনি। পুলিশকী মওংনি। নমহানা ফানি য়ৈনি হায়বসিদগী নৌথবগী রাফম য়াউদে। কৈদৌরুনি চীংলেনম্না। আশা থাদোকলে। অসুম ফবে হাযবদুগা লেপ্পে-নিংথৌ মনাইগুম। ঙাংনদরে হায়জববা হাযবদুনি। অদুবু তানিংবদি তানিংখিদ্রবা জাৎনি। সবকাব ওইখিবগী পুলিশ খনখিবগী মওংসিদা ইংথদবা য়াদনা ইংথববা হায়বদুনি। পুলিশ হায়বদুগী মওংদি পুলিশনিদো। মত্তং মবিনমা লাকপা যাদবা, নাতৈ চাদবা শাগৈনি। ঙাংঙুবগা লেমবসু লেম্মোইদবা। খন্থরুবদা মান্ননিংদ্রে। করি কান্নকনি চবেং চবেং ঙাংনরুনা। কয়ানিগী তাইবংনো। কাবকমসু লোইশিল্লকলে লেনগদবসু থোইনা শাংদ্রে। নোংমা ফুকত লাওনা মীৎ উইশিনখ্রগা লোইরে। চহি মতাংসু নহা ওইয়ু য়াবকত্রে। লাই তিন নিঙবদা ওনশিনবনবু ফরদ্রা খনবদগী আহ্নিক তৌবকাসু খবা খবা তৌখৎলুরে। খংহৈবা মতৌ মান্ন তুম হেক হৌগৎপগা নুমিৎলোমদা ওনশিনদুনা- 'ওঁ জবাকুসুম সংকাশং কাশ্যপেয়ং মহাদ্যুতিম ধ্বান্তারিম সর্বপাপঘ্নং প্রণোতস্মি দিবাকরম' হায়না খুৎ লোন্না নিজবা লোইদ্রি করিনো ইমুং মনুংশি লমজাওদগী ট্রাক থৌজল্লবোই খল্লি।

প্রেমিলাবু নোংমা চীংলেন-না পাওমেনজৈ। য়েংঙোই-ঐ হায়বা ঐসে নংগীদি ইঞ্জিননি। ঐনা লেপখ্রবদি লোইরবনি। পুনমক অসে ঐনা শু তাল্লুরগা ওইরিবা ঙাকনি। য়াম্না লাইথোক্কনু। হেয়- নখোয়গী মওংসে ময়া ফরিঙৈদো ময়াগী মমন খংদে হায়বদো থোকলবনি। প্রেমিলা-না হেক খুমই -

- ইমাই পেমা। অদুবু বা ওইনা হেক তৌশল্লে। য়াবুরো- য়া। তেকপু তেকপিদে। হেক তেকপদা ডেন্টিসতা সনানা য়েনা হাপকে। চাননা লিক লিক লাওহনগে। অকনবা চুশাংমা কুরুম কুরুম শাইদর্থপিগে।
- অং-শাইনি।
- খাদাংদো শাইগদমক মাল্লি। খাদাংদুগী সেইফসু কোলু তৌনা তৌবনিনা চু শুমবনা হেন্না কানবা ওইগদবা মাল্লি।

খংঙে খংঙ। নংগীদি অদুগুম্বা করেম্বা বাহে বাতাদি ফবনি। নঙোন্দা য়ুম পাল্লকপদগী ইনক হেক নকপা শিববারুনী কারুবা ঙমদ্রি। মাধবকুণ্ড অমুকতা চৎথ্রি। ঢাকা কোইবা পুবিদ্রি। কক্সবাজার উজদ্রি। য়েংউচৌ মীগি নুপাশিংনা মতু মচা পুদুনা ঢাকা চিটাগাং চহিগী চৎলিবসে।

ঙাংঙুবগী কানবা ফংলরোইদবা; কানদবদা হেক ঙাংনদুনা লাই ঙহাক খুরমবসু চনিং চাখামা তাখিদে। হে ঙাল্লিবা কোরৌ ইবুঙো নঙনা করি তম্মীগবা হায়না মীৎ উইশিন উইশিন্না করিনো খন্থনবা হৌথনৈ। সংসার হায়বসি পিজা পিথক ঙম্বা, ফিরোন তম্বা ঙম্বগী এজেন্টমনি। ইতু ইচা পুনকমসি বেনিফিসিয়ারীনি। কয়াতা তায়োন্নবা পারানো। কনাসু হায়দোকনদে। দিল্লীগি মুড়ি খোইদুর্মনি। চীংলেন ঙহাক কোইয়েং য়েংলেগা স্বর শাংনা হোনথরগা য়েংবদা নপাগী চাদো কনানসু পুরকনা পিরদ্রি। ডাইনিং টেবিল মথক্তা মানা তেকপা কাপ অমদি উবা ফংঙি। আশা তৌবা হায়বসি মীওইববু থোইনা হেন্না চাকহল্লী- অরাবা চুহল্লী। প্রেমিলা-না পুরকনা চা পিরবগী রাফমসি লৈতে খংঙবনী। অদুবু ইচানুপী পূর্ণিমা-না পুরকনা পিরবা য়াবনি। পুরকনা পিরবা হায়বসি মখোইদা প্রেস্টিজ পাংচার ওইগদবোই ওইনা তৌই। চাক চখোম অমা অমুনবা চাবা ফংই হায়বগী রাতনি। চাখুমলোমদা মাই ওনশিননিংদ্রবনি। রারে-নারে হায়বসিনা খুনুনি খুনু। ঙংবসিনা করিনো। নুং তুম্মী হায়নরিবদু চুমবু চুম্মমারে খল্লবনি। ঙংঙি মঙংসি তারগা। মখোয়গী মশকশিংসে উরগা তিন হৌরবনি। তৌবিমল খংদবা মশাগীতা খংবা। মরা মপুবোইবগী মথক্তা তোংনা হৈনৌ থৈবোং নিকথনা অকেনবা চানি হায়না য়া কাথোকনা লৈবা কাংবুনি। চাখুমদা ফমদুনা লৈরী মওংসি খোই মহুমতৌনা তৌই। ঙাংঙু খোৎলুরে খোই মহুমদগী খোই পাইথোরকনা চিক্কদবোই খল্লুবদা কিরবনী। পূর্ণিমা-না নুংশেন মমাংদা লেপ্পিবসে ফনা কুইবে। পাউডার মমাইদা খরা নানশিল্লী অমুক হেক তৈথোকই। নানশিনবগা তৈথোকপগা কৌটাদা য়েকইবা মডেল মান্নবা কন্না লাকনবদা মকালাক চোকইনি। মশমশিনা নাকন্দমুক হাৎথনি-মাংদমুক খোৎথনি অমুকসু ইথক ইপোম শানহগনি। মমিৎসি খবা ফাকতোক্কনি পিশুর্মসিগা চুমথাং থোকহল্লনা-মওংমনি। চিনবান্দুনা ইচুপ্পী মানঙৈ শর্ংজিনখিবনা কিবু কিজৈ য়েংউবদা। নপাগী চাসি সরবত ওল্লম্মনি। ফনদুম ফরে। চাসু ওইবা সববতসু ওইবা। ইরাইবক্কীনি। কুৎ য়োৎশনবদা মতাদুম চারনি।

- পূর্ণিমা নঙসু চাসি পুরকপা য়ার্বনি।
- পাবুংদি ঙসাইমখৈ লাই খুরম্বদুদা।
- হৌজিকতি খুরম্বা লোইরে। খুরম্বা লোইবসি ফনমক কুইখ্রে।
- ঐনা য়েঙবদদি খুরমহৌবদুদা। চাখুমলোমদগী - বেমা - কোর্নসিমতং ফেংদোকউনা।
- ফমনা থৌদাবসিনা-মঙংমনি। হুকুমতনি। কোন ফেংবগাক হায়বিরকউনু।

অঙকপনি কোন ফেংবনু ওইরে: খুবাকমুক পাকপা ইমুং মাঙ্গনসিমতং রাই শিখোকপা খংদে হেকতমক লৌ ওনৈ। মশাসিংসিনা মন অনি চনবা বস্তাতৌনা তৌরে। কৈনা চারসু নুমিৎ হুমনি চংগনি। বিবস্রা ওয়ালাশিংনা হকমল্লে হায়না পুবিউ হায়বা য়াদ্রবনি। থবকমা হায়বদা মশাশিংসে লেংবা ঙমদে। লিলবোব তৌনা তৌরবনি। কাংখন থাদনা ভুমবফাউ তন্নে। তনমনবসিদা থবক অমত্তা নংনবা হাংবসিমা থক নঙনদ্রবনি মখোয়গী নঙনদবা অসি পুন্সিগী আর্ট অমা ওইনা শাগোন্নবা ওইনা তৌবনি। ওন্নৈতেনবা নুঙ-বান ওন্নুনা লৈববনি। নুপানি হায়না লৈজবিবা ঐসে ঐ নত্রবনি। নুপাগি কিরেই হোংবনু চানা ফনবাজাখনি। নুপী অড্রং য়ানবা চৎনবা হোংনবদা ইমুং মনুংগী বাইরম কেলিক লোইশিনবা যাউববনি। ফিসু ফিজান্না চিংবা চিংখদ্রবনি

কৈদৌনা ভটিকা মঙদা লেল্লবনি। ঙংখং চানা মাচনবান হোবাথাত্রগৈ অপেনবা ওইদবগুম-ইনশাংদা মবোক শাবপ তৌদনা চিন্দ ফাওদবগুম অসুক কুইনা পাল্লকলবা সংসাবগী থাঙমদ্রবা লেংদনা ওইনা লেইনববনি। নুংতিগী লা ওখোংনা মাকপ থোকপদা হৈনথ্রবা নপাগী চাদো হায়না লাওবা থেংনদ্রবদি ভসিগী অসুক অমা লেল্লে - হিংদুনা লৈরি হায়বনু থাজদে।



# চেং কেজি'মনা তাখিবা চন্দ্রকলাগী ঈশৈ

অঙাং ওইরিঙৈদা ছাত্র য়াম্না ফৈ হায়না থাগৎপ। ঐসি কয়া য়াম্না ফবা ছাত্র'মনো হায়বদো ইশানা খঙজরমদে। খুৎইকাসু য়াম্না ফজৈ হায়নৈ। খুনৈদা ফৈ ফৈ হায়নবসি ঐসু তাদবদি নত্তে। মসি পুনমকসি ঐখোয় তাদ'সি লাইরিকতা য়াম্না থরাই য়াওজে। মতমদুদা মেট্রিক পরীক্ষা থাই। মেট্রিক থাব ছাত্র'মা ওইবকা হায়বসি থোকপা চৎপদা য়েংনরমই। অঙাং ওইরিঙৈদা ঐখোয় তাদগী লেংমান্নবা কাংবুশিংনা মরক মরকতা ইংরেজী য়ানবা মীতৈলোন ঙাংবসি য়াম্না তানিংলমই অদুবু লাইবক থিবদি মেট্রিক পরীক্ষা পাশ তৌবা ঙমখিদে। মতম অদুগী মেট্রিক পরীক্ষা পাশ তৌবা হায়বসিসু পুঙলাই লাইবা রাফমদি নত্তে। মিডিয়াম ইংরেজীনি। অংক মখন অনি অহুম। ইতিহাস মখল অনি। শন্না হায়বদা হৌজিককী ইউনিভার্সিটি লেভেলগী লাইরিক লাইশুগা চাংদমনবা য়াই। হৌজিকসু ইংরেজী, বাংলা, ফজনা ইথোকপা নত্রগা ঙাংবদা য়াম্না শেংনা থোকই। মমুৎ তানা খঙই। ঐনা ঙসি খৎঙিবা, খরা হৈজরিবসি অসি ঐখোয় তাদ মেট্রিক লালহৌদবা অদুগী কৃপাদগীনি। ঐগা মাক্কা খেন্নরিবসি ঐনা মেট্রিক লানথোকপা, থবক অমা পানখিবগী বাফমতনি। মহাক্না অনিসিগী মনুংদা অমত্তা ওইহৌদে। ঐখোয় তাদসি পাবনা আন্ধার মেট্রিকনি হায। মেট্রিকতগী তাথবা হন্থবা নৎতবা অমম্বা মেট্রিকনি। পাবনা মেট্রিকসি পাশ তৌহনবিংবনা মদনমোহন কলেজ, সিলেটকী প্রোফেসর অমদা টিউশনি তমহনথি। সিলেট-তা লৈরিঙৈ মতমদা পাবদা ইবকপা তাদগী পোষ্টকার্ড চিঠি ঐসু পাশিনবগাদি খবা খবা ঙম্মে। অঙাং ওইরিঙৈদা তাদনা খৎঙিবা অদুম্না য়াম্না খঙনিংলম্মী। ঐনা হংঙুবদা ঙমদবা অমত্তা য়াওদে। ঐখোয় পাবনা আন্ধার মেট্রিকনি হায়বদু য়াম্না মুন্না খংলমদে। অহানবদা কলিকাতা ইউনিভার্সিটি, মখাদা গৌহাটি ইউনিভারসিটি, অরোইবদা ঢাকা ইউনিভারসিটিগী মখা পোন্না মেট্রিক পরীক্ষা থানবন্না মেট্রিক পাশ তৌঙম্বা হায়বিবসি মতমদুগী চাওখ্রবা ডিগ্রী মনি। হায়নবা থেংনৈ - মেট্রিক পাশ তৌবা খুন অদুগী মনাকতা ট্রেন তপ্না চেল্লগা খুদোম্বী থিন্না য়েংনৈ। তাদবু য়াম্না শিংথাবগা বা নত্তে। ঐনা হায়নিঙলিবসি অঙাং ওইরিঙৈদা প্রোফেসার নত্রগা উকিল য়াম্না ওইনিংলম্বী। মনম অদুনা লাইরিকসু য়াম্না কন্না পানিংবা পোকলম্মী। য়ুমদা য়াম্না কন্না হোৎনৈ। তাদনা তাকপা চেকশিন্না পান্নে। টেবিল রাংমা রাংমা ফম্না লাইবিক পাম্মিন্নে। মরক মরক্তা পড়া হংগৎলি। হংলকপা পড়া ফাদবা য়াওরদি থাজিল্লকপনা হাল্লি। মনাকতা ফম্না লাইবিক পাবিঙৈদা উইরুবগা থেংনরদি উইথরুবা মাইগৈদুদা নাতৈ চানা নমশিল্লকই। মাই মিৎকা পুংশিং শিংডি। খংবোই লাকপোই লাইরিক কন্না পাখৎপা হৌখি। নোংমদি ব্যাকরণ লাইবিকতু পাযখৎলগা খরা অয়াংবা মওংদা পঙহংতা হংজিল্লকখি। মরৈ-সু খবা লোমগল্লী। মতাং চদ্রেবদি খবা নাতৈ চাদনা লোম্বা - মখা তাথবা ঙমদবগী চাং য়ৌই। দিনদু লৈলোম্বগী চাং হেনগৎপা মতাং থোকল্লুরবা নত্রগা ঐ ইথকতা পেনদনা তৌবরা খংদে - কারক, সমাস, বিভক্তি না চিংবা মনম মনম হংজিল্লকপদুদা লৈ লোম্বগী হৌনবী খবা চাকশিনবসু হেল্লে। ঐসু ফানোই ফাদবোই লকৎ লকৎ খুম্মরে। লোইবে - মাককী শাওনিংবগী হায়বদু যৌখিননা লবাই লৈতোন শাৎখিনা নাকতা ইচেনা ফি শাদুনা থেংনকুবা মতা'মা চানখিনা ফি শানবা নাচৈ শৎলগা ঠাস ঠাস লাওনা

হায়থরকই । হকচাংসি খিং খিং লাওই । মথং মথং হংলকপা তোকতে । ঐসু খরা য়াংনা খুম্মী য়ারিমখৈ চুমনবা হৌৎনৈ । অমুক্কা হায়থরকপা নাচৈদুগী মপাদুগা টেবিল মখাদা ঙকশমসী সার্কাসকী মওংদা থুপচিনখিবদা থেংনহৌদ্রে । ঙকশম থাংগৎপা নঙহৌদ্রিঙৈদা অমুক্কা থাজিল্লকপদা ওইগী খুৎসিনা ঙাকথোকউবে । ঙাকথোকউবদা থোইনা হেন্না শাওগৎখিদুনা - অঙাংসি থাঙ য়াম্না হৈবম্মে হাযবগা হৌগৎলগা কদম তৌনা থাঙলোন য়াওবতৌনা ঠাস ঠাস থারকপসি অফুবা মাঙোন্দদি শাওবা হনথহননবা  হোৎনবনি। ঐঙোন্দদি নাবা খাঙবা বাবননি । নারে হায়গদবসু হৌজিকমক পড়াদু ফাদোকউ হায়বক্কদবু খনবদা নাই হায়খিদে । অসুম হায়না য়ুমদা খবা কন্না হোৎনবা লেপত্রবা কৌববনিনা স্কুলদা ওজাশিংনা য়াম্না চানবী । হাইস্কুলগী থাকতা মাল্লি - মহববম কৌবা ইংরেজীগী পড়া অমা সন্ধ্যা অমদা ফাজিনগে হোৎনবম্মী । নুংথিল অদুদা ইবোই শেনবা চংপদা তুরেলদা লুপনা শানবকপগী নুঙায়রকপা, ইমান্নবা ময়ামগা কোন্না ফানবকপগী চোকথবকপা হকচাংদুনা য়াম্না হৈনিংদবা মওং অমা ওইরে  পড়াগা ফাজিনবসু ঙমদ্রে । হকচাংদু তোলহাইনবদনা পারিবা মতেকতুসু লৈয়েং ফাইবতৌনা তৌরে । ইংরেজী ময়েক পারিবা অদু লাইরোন পাবতৌনা তৌরে  'মহববম ইজ দা ফাষ্ট মানথ অব দি ইসলামিক ইয়ার' হায়বা বাহে অসি কন্না হায়গৎলগা তপনা লোইশিল্লগা উইথবকপনা হেল্লে । মরোনমা ইতা ওদ্রে । উইথখ্রবা কৌববনিনা ইমানা ফমুংদা পুশিনবিখি । মঙওই হাওই মচিনদা বিবি বিবি ঙাংজনবসু ইবেন্না তুমথখ্রে । ইচেনা চাক লোইনা হৌদোকপিখি  চাকলুক মাঙুনা থমবি । তুম্মীবা ঐনদি ঙসাইগী লাইবিক তৌবগী বাখলদুদা তুমথাখিবনিনা চাক চাবগী বাখলসি লৈখিবমদে । অঙাংসি চাক চাদদুনা মচিনসিগা করিনো পুংঙাংতা ঙালেনিদসি হায়না তাদনা খোল্লাও অমতং লাওবকপদুগা খঙরোই লাকপোই ঙসাই তুমদ্রিঙৈদা উইনা উইনা পারিবা লাইরোনতৌনা তৌবা ইংরেজী পড়াদু কন্না পাখৎলকই 'মহববম ইজ দা ফাষ্ট মানথ অফ দি ইসলামিক ইয়ার' হায়না , ময়াম চংনা ফাবনে নানথবনে ইশিং থিবকচিনবনো ফার্কলি ফার্কলি ঙনাম্লেন তাদনা চাক চাখিবম্মী ।

থবক খুদিং কুপ্পা পানবগী মতৌ তাং  হিংঙনা হায়না হিংবগী অর্থ লৈতে । লাইবিক তম্মীনা হায়না তম্মুবগী কানখম লৈতে  থবক খুদিংদা মমুৎ ওনা য়েংশিনবগী দরকার অসি য়েংশিনবিবা মীনা য়েংশিনবিগদবনি  মমনা মচা য়োকপগুম হেকপিবা নত্রদি শিনফম খুদিংদা অয়ৌবা থাক য়ৌবগী পাক্নি লৈগনদে । গাড়ী অমনবা অমসু তৈথোকপা চাম্থোকপা কল্লদি অহনবা গাড়ী অমদগাসু হেন্না ফগন্নী  মাওইবগী পুক্নিদা কান্নবা মশক খঙদবা মতম অমা খঙহৌদনা লাকলম্মী  মদু মশানা খঙজবা ঙমদে - অমনা খঙহনবগী দরকার তাই । অসিগুম্বা তাঞ্জাসি লিংপাকপাও মমা মপানা য়েংশিনবিবা তৈ । ঐগী পুক্নিদা অমাংবগী মতমসি যাম্না তোইনা লাকখিবম্মী । নহা ওইবগী পুক্নিদা খঙনিংবগী চাং মতিক চাদনা অহল অমগী মওং লৌনিংবগী মতাংসিদনা শুপনগী মাংবগী মতম । অঙাংমনা চৎকদবা লীচৎ শাজৎ মপুঙ ফান মীওইমগী ফিদম য়াম্না য়াংনা লৌবদি থুনমক মাংবগী মতাং য়ৌশিল্লককলবনি । তৌবগীদি খেন্নবসু যাওদবদি নত্তে ।

মতম অমা হৌখরে হাজাক লাইট যেংবগী চৎনবম্মী । গ্রামোফোন - গী ঈশৈদা পেন্দুনা ফি

থানরম্মী। ভানুবিলদা শক্তি সিং কৌবা মীওই'মনা গ্রামোফোন লোইরম্মী।

গ্রামোফোন তাবগী খুন খুন খুদিংদা পুদুনা তানরম্মী। অঙকপা ফংনা তানরম্মী। নোংমা নুংশা শাথ্রবা নুংথিল অমদা গ্রামোফোন তাবগী রানোম্বা চৎলম্মী। শক্তিসিংগী গ্রামোফোন অপারেটর নয়নবাবু কৌই। চহি ৩০/৪০ মুক শুবা পাখংমনি। খরা নঙজবা মীওইনি। ঐগী ইমানবা খরগা চৎমিন্নে। তা নয়নবাবুদা হায়জে - নয়নবাবুনা চেং কেজি অমমম পিবগী শর্তমদা গ্রামোফোন ঈশৈ তাহনবা হৌখি। য়ুমদগী অহ্লোকনা রানা চেং হুরাল্লকখি। কেজিগী হিসাব খঙলমদে। চেংখু ফনা য়াম্না ময়েং তাহৌই।গ্রামোফোন রেকর্ড-কী থালি পুথোরকপা হৌখিবদা ঐখোয়না নুঙায়খিবা বাখল -ঈশৈ তাদ্রিঙৈদা অদুক নুঙায়বা ফাওখিবা অদু হৌজিক্কী স্যাটেলাইটকী য়ুগসিদা অদুগুম্বা নুঙায়বা শরুক য়াত্তদ্রি। লৈর লৈরনা চাবী থারি। পিন হাপচিল্লী। থালিদা পিন থাদদ্রিঙৈদা চেং পুথোরকউ হায়রকখি। খুদৈদা য়োমদুনা থমলিবা চেং ময়োমদু পিশিল্লী। থালিদা পিন থাদনা ঙংখৎলকপতা হৌরি - নঙগী চেং কেজিমগী ঈশৈ লোইরে চৎলো হায়রকখি। ও খোংনা কপনিংখি। অদুবু কপলুরবদি য়ূমদগী চেং হুরাল্লকপগী অকিবা অদুনা কপখিরমদে। য়াম্না কন্না খাংজিনখি। মথংগী ইমানবা অদুনা অমুক চেং পুথোরকখি। অমুক পিন হাপচিল্লী। অঙাং ওইরিঙৈদা তাখিবা গ্রামোফোনগী ঈশৈদু ঙসিসু ফারি। চন্দ্রকলাগী ইংরেজী ঈশৈনি। Belove Lolitey, whom shall I tell it the grief that she much in my heart ... (বিলাভ ললিতে হুম শেল আই টেল ইট দি গ্রিফ দেট সি মাষ্ট ইন মাই হার্ট...) হায়না শৈহৌবা অদুদগী হেকথরকপা শ্যাম বন্ধুগী প্রেমগী মৈনা চাকলবা রাধাগী থবাই কনাদবু লিরুসিগে..। চেংখুদগী চেং হুরাল্লগা তাখিবা ঈশৈদু থম্মোই'নুংদা চুদুনা লৈরি। মতমদুদা খংদুনা ফাখিবা ঈশৈ নত্তে। লৈতোনদা লৈহৌবা শরুকনি। চুমবা লানবা খংদে।

নুঙায়রবা রাখল'মদা য়ূমদা হল্লকখি। লাও খোংনা খৎনা চৈনবগী মী য়াম্না তিনবা উই। সনাতন মমাগা মপাগা খৎনৈ। অমনা ঙাংবা অমনা তারমদে। চপমাননা ঙাংমিন্নে। মৌনহা লৈশাবী অঙাংমচানা চিংবা মী ময়াম তিল্লে। নুংথিল সন্ধ্যা বাইরমনি। মরম হাইববু ঈশৈ ঙংনা ঙংনা ফি শাজরম্বা মতমদা মপুরোইবা হল্লকখি। ঈশৈগী লোন্দুনা মপুরোইবগী থম্মোইদা অশোকপা ওইগনী খংলমলদি কদাইদগী শরুদগে। ঙংলুবা ঈশেগী মতেকতু... লৈজনিংদ্রে শ্রীবৃন্দাবনসে হায়বা রাহৈনি। কোইরু চৎলুবা হল্লকপা মতমদা করেম্বোই খল্লুবা বাখলদুনা য়াম্না শাওনিংখিবা ফাওখি। মবুকনিংদা খনজখি - নুঙায়খ্রবা শ্রীবৃন্দাবন্দা লৈনিংদে হায়বর্সিদি লংজবা থোকই। অসুম খল্লুরগা পিং পিং লাওরকখিবনা নাকতা তারিবা চৈ পাইরগা নুঙায়না ঙংজরম্বা ঈশৈগী তাম্বা মেম্বা জ্ঞান তাহনখিদে। নিংজনলোমদগী থাজিনবা হৌখি। করিনো নঙনা তৌরিবসিবু ... করিনো মরম মহা ইনাই নাইদনা...। খরা কন্না থাজিল্লগা হায়রকই ... মাকনসু শ্রীবৃন্দাবন্দা লৈনিংদ্রে'কা হায়না ঐনা হনজিল্লকপা মতমদা ঈশেদা থা'নাকা শকপা শারি। অসুম্না অরাই অখুম তৌরগা ফুনা চৈনবা য়েংবগী লৈকাইগী মী য়োমখরে। ঙসাইগী মরম মহা চাদনা অহল থংদা ফুনা চৈনরবনিনা লৈকাইগী অঙাংশিংনা খরা য়েংনিংবা তানিংবমা হেনগল্লী। মতাংমদা অহল অদুনা শুকথনা হায়রকই ঐনা হনজিল্লকপদা তাহৈদবা বাহৈ বাতা

থাজিন্দুনা ঈশৈকা ঙংশিল্লকপদুগা শাওনিংলুবগী রাফমনি। ময়ামদা য়েংলগা হায়রকখি ... অদুক নুঙায়খ্রবা শ্রীবৃন্দাবনবু লৈনিংদে হায়বা য়ারবা ... লংজবা থোক্কনি হায়বগী রানি। ইতু ইচানিনা 'তুক রারকপগী রানি। তিল্লম্বা তারম্বা ময়ামদু তুমিন তুমিন হন্নখি।

ঐনা থেংনা হনজিল্লকপা ঙায়দুনা তাদসু চৈ খাংদুনা লৈরম্মী। অসিগুম্বা নুঙায়রবা মনুঙায়সি তাদদি খংদবনিনা ঐবু রারক্কনি হায়না ঙায়রী। মাঙোন্দা ঙসিসু অসিগুম্বা রারিসি লিথোকপা ঙমদ্রি।

# হায়জা নিজবগী ক্লাশরুম

হায়নবা লৈ-য়ুম অমদা হুরানবা অমনা হুরানবা চৎলুবা মতমদা ফকলাংনা নন্না মথরাই থাখি। হুরানবগী মমা মপা মরি মতাং মচানা হুরানবগীতমক নুংনাংবগী মহুৎতা মনুংদা লোন্না পোংজবতা নত্তনা মশাসু তৌঙম্বা মীওইনী খনজৈ। হুরানবা চংঙুবদা ফকলাংনা ননখিবগীতমক হুরানবগী মমানা নিংথৌদা অসুম্না রাকৎখি।

- ইনিংথৌ। হুরান-লানা হায়বসি ইচাগীদি তৌদ য়াদ্রবা মথৌনি। মশাগী মথৌ পাংথোকচবা হায়বসি মীওইবগী হক ওইরবনি। মথৌ পাংথোকপদা ইচানা লানখিবগী মরম হংগৎচনিংই অমসুং মতিক চাবা বিচার ফংজনিংই।

ৱাকৎ ৱাহৈ তারগা নিংথৌনা য়ুমবুবু - ফকলাং, য়ুমবী অতেকপা শিনদোকতনা ফকলাংনা নন্না হুরানবা শিবগীতমক য়ুমবুবু হাৎপগী দন্ডি পিখি।

ফকলাং খানবা ৱারোই, য়ুমবীপিবা নিপা অদুনা ফকলাংসি খবনিদি লেনখিবা য়াগনী হায়না হায়বদগী শিনদবনী হায়না য়ুমবুনা হায়জখি।

- অদুদি নিপাদু কৌখৎলু। মাকপু হাৎপগী দন্ডি পিউ।

ফকলাং খাব য়ুমবী পিবা নিপাদুনা লাকলগা অসুম্না হায়রকখি- ইনিংথৌ - ৱারোই খাংগে য়ুমবী অমতং পুরক্কে হায়না চৎপা মতমদা ইনিংথৌগী ফমনাইবশিংনা থিংবদগী পুবকপা ঙমদবনি।
- অদুদি ফমনাইবদুবু কৌখৎলু।

অসুম্না মথং মথং শিথবা, বিচার শাগৎপা অসিনা মথৌ ওইনা পাংথোকলবা নিংথৌ অসিগা লৈপাকতা খংহৈবা মতিক মগুণ লৈরবা পন্ডিত অমা থুংলখি। নিংথৌ কোনুংদা অকি অখং লৈতনা পন্ডিৎ চংশিল্লকখি।

খুরু খুদক কুল্লগা পণ্ডিতনা হায়রকখি। ইনিংথৌ- কনাগুম্বা হাৎকদনা লৈরদি মাক্কী মহুৎতা

- ননাই ঐবু হাৎপিউ।

- মারান লৈতবা নঙবুদি করিগী হাৎকনি।

- ইরান শিথবিউ। ঐ ঙসি শিজগে।

- নঙগী মরান করিনো নশানা হাইয়ু। হাৎকে। হাৎনবা মী মরাং কায়না লৈ।

- ইনিংথৌ। ময়ামগী মরান ঐঙোন্দা শিথবিউ। ঐ শিজগে। ঙসিমক।

- করিগী শিনিংলিনো।

- ইনিংথৌ ঙসি শিবা ঙম্মবদি স্বর্গপ্রাপ্তিযোগ লৈ। ইনিংথৌদি রাজ্যসিগী অঙম অথৌনি। মথংদসু খুদোং চাব মতম ফংগনী। ননাইবু হান্না শিবগী খুদোং চাবসি

ক্ষেনফম লিৎত্রিঙৈদা হাৎনবা হোৎনবিউ। নাতোন মখাদা চশমা ইনথরগা লিকনা হৌবা মকোক্কী শমদুগা খুদোম্বীনা হোৎলগা ওজা প্রোফেসর ইবোহনবীনা হংঙকখি।

- রারিসিনা করিদি খংবা ঙম্মী। (নুঙায়না তানরম্বা কাংবুশিং কনামত্তা খুমনদে।) রারী তাবদা ওইবা হায়বসিতবু থৌদোক রাথোক'মা ইয়াওতা য়াওরিবনি।

- শন্দ্রিকনা হায়রকই - মরম মহা তাদবা লৈবাক ওইনা তৌই।

- উং চুম্মী। রাবী তাবদা নুঙায়জরবসু আইন থুংদবা অপংবনা পানবা লৈপাকনী।

- তমালনা হায়রকই অপংবগী লমদবু লৈনিংই।

- করিগিনিনা -

- ঘী - গা থাউগা মমন চপ মাননা ফংঙি হায়নৈ। খবা মবাং কায়না চা থকপা ফংগনি।

ঘী থাউ মবাং কায়না, চা থকপা ফংলবসু পুংনুংদি নুঙায়গদবা মানদে মরমদি ঐখোয়না লৈরিবা লৈপাকসে অপঙবশিংনা তাক তিকলগা চৎপা লমনি। খুদম ওইনা পনবা য়াই কলেজ কাখৎলকপা অঙাংশিংনা লৈপাক ঙাকশেনবগী হৈশিংনা ঙাংবা শকপা থৌরমশিংদা ওজাশিংনা মতিনচোনা তাবা নৎতনা তৌনিংঙাই লৈতগুমনি। খুন লৈকাইগী থৌদোক রাথোকতা নমহানা বিচার শাগুমনি। লুখ্রাবী মবকতা শাগন পোংবা য়াই খন্না অশিংবা শকপগুমনি। খঙ হৈতবা মরকতা শিংজবা, ভুশোনবা মরকতা মপাংগন পুথোকপা হায়বসিতবু কাংবু খরগিদী লৌচা ওইবিবনি। লৌচাসি মুথৎপা নৎতনদি সড়ক লমজাও থোকপা য়ারকতবা মতমনি।

প্রোফেসার ওজা ইবোহনবীনা খৌদেমলগা মখা তাথরকই। ঐখোয়না হাও কনথি হায়নবিবা অসি মরম চাদবা কনথি মখনমনি। নাতৈ চাদবা পুনমক কোকনবা লম্বী থিবগী তাংকক অমা য়ৌববনি। পিকচখ্রবা ফুকপ অসিগী খাখ্রবা মনিংজেল, চং য়ৌখ্রবা থৌগলোন, থাক রাংখ্রবা সংস্কৃতিগী লমখৈদা মরু ওইরগা শাংখ্রবা লম্বীদা খোংদাবদা মাইপাকনা ফিদা কনবা য়ানা লৈরবনি।

লিখ্রিবা রারীসি খবা হেন্না শেংবা মওং হায়ববু হায়জনবা নোনজবা হৈরদি শিগদবা তাঞ্জাদসু স্বর্গপ্রাপ্তিযোগ ওইহনবা য়াই। থাজবা পোকনবা হাযজবা, নিজবা হয়বসিতবু লৈশি লৈথোন, খোলেক খোনথা শুদনদি পুকনিং চিংশিনবা হায়বসি ঙমগনদে। মীতৈ খুনজা খুদিংগী লাইশং, মান্ডপ শানরিবা অসি ঈশ্বরগী নামাদা য়ুমথোং খুদিং নিজরগা ফঙকপা শেনথুমনা লিঙখৎখিবঙাকনি। খুন লৈকাইগী অচৌ অচৌবা থৌদোকশিং মতেং ইতেং পাংথোক পাঙশিন তৌরগা পাংথোকনৈ। নিবগী সংস্কৃতি অদুবু লেমনিঙাই থোকতে হায়না মুথৎপিরগা অনৌ অনৌবা আইডিয়া য়োকখৎপিনি হায়না ভিডিও কালচার পুশনবা হৌরকখি। নিবা হৈতবা ফুরুপনা চাওখৎপগী থাক য়ৌবা ঙমগনদে হায়বসি য়াম্না কন্না হায়নরকলি। চঙজবা হায়জবা হৈতবা মীওইদি মশাগী শিনফমদা মথৌ হাপ্পা ঙমদবা চাক থিবোংনি হায়না লকনবা থেংনৈ। হায়জবা নিজবা হায়বসি কদায়ফাউ চাং য়ৌনা হায়নবা থেংনগে হায়বদা জগৎকী মপু ইবুঙো

শ্রীকৃষ্ণনা মবেম্মা রাধিকাগী মফমদা অম্ভোকনা তোন্না হায়জবা থেংনহল্লী (পিকথবদি নত্তবা)। মসিমক হায়জবা নিজবগী খ্বাইদগী হেল্লবা শৈল্পিক মগুণনি। আটর্নী। রবার্ট ক্লেমেন্টকী লোন্দা - বেগিং ইজ এন আটর্নি হায়না শিংথানরী।

নিজবা হায়জবা হায়বসিতবু অরাংবা থাক্কী রাখল্লোন মনুং চনবা শিল্পনি। মরম অদুনা লৈবাক্কী অঙম অথৌশিংনা লৈবাক লৈবাকতা রাষ্ট্রদূত থানরিবা অসিমক লৈবাক অমগা লৈবাক অমগা নুংশিবগী চাং হাপনবা অমসুং লৈবাক্কী ললোন ইতিকতা ইনোৎ পুরকনবা নিবা, হায়জনবা ইন্সটিটিউটনি। লৈবাক্কী খ্বাইদগী থাক রাংনা থবক পাইরিবা অঙম অথৌশিংনা হৈশিংনা পাংথোকপদা পাম্বৈ ওইরিবা মপুং ফানা থৌগলোন চঙনা শিজন্নরিবা রাহে রাতা হায়বসিতবু মরুওইনা নিজবা, হায়জবা হৈবা অসিনি।

হায়জবা, নিজরুবা নৎতনা পাংথোকখিবা থবক পুংলৈ লৈরমগদবা মান্দে হায়না প্রোফেসার ওজা ইবোহনবীনা খাদাংগী কোই ফোইদোক্কদবোই মান্না চিংলগা হায়রকখি।

- য়েংঙোই। কলেজকী ফান্ডসে শুপ্পগী নিরগতা ওইখিবনি।

কলেজতকগী ইউনিভার্সিটি ওইখিবা অসে সরকারগী মরি লৈনবা অফিসশিংগী মকোকমকদু হায়জবা, নোমজবা কনমন্না ওইখিবনি। নিজবা, হাযজবা অনিসিতবু ফজনা ঙম্বা ছাত্রশিংদি অচৌ অচৌবা থাকতা থবক পানবা ঙমখি। তাইবংসিদা নিজবা, হায়জবা নৎতনা মুক্তিগী লম্বী লৈতে। নিজবা হায়জবা খুৎ লোইনা ঙম্বা ছাত্রশিংদি মিলিওনার ওইবা ঙম্মী। মরম অদুনা থৌগলোন চংনা নিজবা, হায়জবদা খুৎ লোইনবা ছাত্রশিং ডিপ্লোমা কোর্স, ডিগ্রি কোর্স অমসুং পোষ্ট গ্রেজুয়েট কোর্স তম্নবা হোৎনরী। বেসিক ডিপ্লোমা কোর্সসিদা মরু ওইনা য়াওরিবসি শুপ্পগী নমথোকপা লাইরিক মচামতংনি। লমজাওদা, য়ুমদা, খোংজিন অমদগী খোংজিন অমদা চৎনা নিবা। অদুগা ডিগ্রী কোর্স-তি মরু ওইনা খোম্ভোক অরাং অনেম, ঙকশম হায়দরপ, কোক নোলপ তৌনা হায়জবা, নোনজবগী চাংয়েং লান্না পাংথোকপা চংই। মাইথোং লাংশিনবা অরা মাই তাহনবা ঙম্বা শরুক কয়াতং লুরা লুরবা তাংকক চৎশিল্লী। প্রোফেসার ওজা ইবোহনবীনা মতাংসিদা অসুম্না পনবী রবার্ট ক্লেমেন্টকী লোন্দা 'এ গুড বেগার হেস টু বি এন এক্সেলেন্ট একটর'। হায়জবদা, নোনজবদা, খোম্ভোকতা, খোলেকতা, মওংদা মতৌদা চুশিনহনদুনা অতাবশিংগী থম্মোয় চাওবী তৌনা চানাং তাহনবা ঙম্বা চংই।

অদুগা পোষ্ট গ্রেজুয়েট কোর্সটি অমুক চম চম্না নিবগী শরুক য়াওদ্রে। নিবগী তমক হায়না লৈবাক্কী মন্ত্রিশিংনা ৱার্ল্ড ব্যাংক, ইউ,কে দগী মওং মওংগী লোন (Loan) মতেং লৌবা ঙম্নবা তানরিবা অসিনি। জাপান, ইংল্যান্ডতগী গ্রান্ট পুরকনবা হোৎনরিবা পুনমক পোষ্ট গ্রেজুয়েট থাক্কীনি।

অপঙবনা পানবা নিংথৌ লৈবাক হায়দোকসি। নীংখা তন্না পানবা লৈবাক অমবু শাগৎতুনা সমাজ ইজাতিগী চাওখৎ, খোংথাংগী লম্বী য়াৎপদা অমসুং শাগৎপদা লৈবাক্কী নিংতম ফিরাল পাইনবা শেম্বদা চাদিং কয়া চংনা হোৎনরিবা শেনফম পুনমক নিকবু হায়জকবা কনবদগী ফঙকপা শেনফম্না শৌগৎ শাগৎখিবঙাকনি। ঢং ঢং ঢং ঢং ঢং ঢং। ঙসিদি হায়জা নিজবা অসিদা লোইশনসি। ছাত্র পুনমক ক্লাস রুমদগী থোকনৈ। প্রোফেসার ওজা ইবোহনবী হায়জা নিজবী ক্লাশরুমদগী থোকখি।

# কাতুক কারন

মীকপ হেক থোকপগা মশাগীতমক হোৎনজবা মীওইবনী। হিংনবা লানফমদা মাক্কী মাক্কী থোকপা ফিরেপ তান্নবদা মথৌ হাপনরিবনী। কনামনা মচু তাই। কনামনা হৌজিক চারগা হোরেন চাবগী হোৎনবদা মপুম থিথনৈ। মশাগী ওইজবতা তানবা মীওইবগী মনুংদা মীওইবা খরদি মতেং ইতেং পাংনিংবগী, অবা অনা খুদিংদা শরুক য়ানিংবা পোকতবদি নত্তে। অদুবু মশিং য়াম্বা হায়বদুদি থোকতে। অসিগুম্বা মীওই খরা পোকলমদ্রদি অমনা অমবু শুদৎ শুদাদা মলেমসি তং তাবা হায়বদু ওইথোকপগী বা লৈতে। অমম অঙান হায়না খায়রিবা, অয়িং আসা নাইরিবা পুনমক অসি অফবা হায়বা শরুক অমা লৈবগী মহৈনী। অসি পুনমকসি খঙনা খঙনা অফবা থবকতা থৌওইনা খোইদানদে। নমথাকতা শুমহৎভুনা পন্থুং য়ৌঙম তানবা অসিনা মহৌশা ওইনরকলি। লুখ্রবা তাংফম অমদা মীওইবদি নোংমা নোংমগী থেংনরিবা লানফমনি। কনাসু মাইথিনিংদে। লমজেন তানবদা মকোকতা ওইনিংবা মীওইবগী ধর্ম ওইজরবসু পুনমকতি লমজেন শানবদা শরুক য়াদে। শরুক য়ারিবা অদুগী মনুংদসু কনানা মকোক লেপ্পী। কনানা খোমদোন ওই। অতৈ আয়াম্বদি শিনলাংবা অমসুং কুম্মৈ য়েংনবা তিনবনী। কুম্মৈ য়েংবসু য়াওনিংদবা। শিনলাংবদসু শরুক য়ানিংবা পোকতবা। লমজেনদসু চেনবা হৈনগনদবা। তিংলি যাংলিনতা লৈবা হৈনগনবা কাংলুপকী মনুং চনবা মীওই অমগী মবাইবকতা কবি থোক্কদবা হায়বসি তরং তরং খঙবা ঙম্মী। করিবু করি ওইগনী। চারগা হিংবা জীব মখন অমা নৎতনদি। হিংবা হায়বিবসিদসু অদুমক হিংগে হায়না খোন থানা লাওরগতসু হিংবা ওইথোকতে। হিংবা হায়বসিদা চংঙিবা মচাকশিং অসিদা তনদে মোনদে, লেল্লিদনা, হিংঙিদনা হায়না হিংবা ময়াদে। হিংবসি তম্বমা চংঙি। হিংবদসু তম্বমা চংঙম্বা অসিনমুক হেন্না লুশলকপা অসিনা মওং তাবমা হায়বসু মচু মওংমা তাথবা ইঙম ঙমলমদবা মতাংদনি তুফক তুফাই চুদুনা লৈবাক মখাদা য়েংনা লম্বী চৎলিনা, মীয়াম তিনরে লোননি তাদবা, হৌজিকতা কাফৈ কাফৈ চৎলকপা অঙাং মচাগুম, মীনা অঙা ওবাশানা লকনবীবা কয়া খাংদুনা য়াইমা হিংলি হায়বদুমক মঙাইরে। কনাদনো মাকনা মাক্কী অরা নুঙাই রারী শারুগদবা। রারী শারুরগসু খোইনমক কনারুগদবা যাউদ্রবা, মাক্কী মাক্কীতমক খংনখ্রবা মলেমসিদা করিনো তৌগদবা মফম মবাং খংদনা অদুমক লেনখি। ফনমক হায়ববসু থবক থনা পানদনা অদুমক লেমচা চানা নিঙায়দনা তুমদুনতা লেনবসু য়াদে। করিনো মফম মবাং খংদনা রাখল কয়ামা কোকতা শানখিরম্মী। ময়াম্না য়াইমবু ইচম চম্বা, চুমদ্রিং চৎপা মীওইমনি হায়না খল্লবসু মাকনা ঙাংথোরকপা কয়াতংদা লিতাং চুম্বা, পাক হেক খৎথোকপা য়াদবা, রায়েক চংবা ঙমদবা তাংকক য়াওবনা য়াইমনা ঙাংবা তানিংলম্মী। ময়াম্না হায়নবা থেংনৈ, য়াইমসি খুদোং চাবা তাঞ্জা লিথখিনা মশক নাইবা মীওইমা ওইবা ঙমহৌদবনি। করিগুম্বা খুদোং চাবা থেংনরমদুনা থবক থানা অমতং পালম্মদি মতিক মগুণ চোংথোক্কদবনি। অচুম্বনি - নাতৈ চাদনা অন্নোক অন্নোকপা লুরা লুরবা মতাংদা অঙক অঙকপা রা ঙাংথোকপা ঙম্মী। ইচম চম্বা রাদসু মচং লৈবা রাহৈ রাতা শিজন্নদুনা জ্ঞান তানা, মচা তানা ঙাংথোকলকপা কয়াতংনা যাইমবু লৈচং লৈবা মীওইমনি হায়না শিংথাবা হৌনরকই।

য়াইমগী মওং মওং ঙাংবা অসিনা খুন লৈকাইগী নহারোলতসু নত্তনা অহল লমনসু মাক্কী বা তাদুনা ঙহাক মতম লেন্নে। সমাজকীতমক চেন চোংবা নহারোল খরনা য়াইমবু নমহাদুনা খোঙবু ওইমিন্নে। লম্বী লমশাংসিদা মাকনা ঙাংবসি খদাং মপীনি হাইনৈ। ঙাংঙুবমতং তুমিন্না লৈথোকপগী মহুৎতা ব্যাখ্যানে, বিশ্লেষণনে, নোকপনে, ঙাংবনে লেপ্পা কৌবা লৈতে। মসিগী মওংসি উবদা নহারোল খরনা য়াইমদা হাই।

- য়াইমা রারী নুঙায়বত্তং লিউ। রারীদু ফোঙবা য়াবগী মওংদা লেংথোকলগা চেফোংমদা পিখিসি।
- য়াইমনা খুম্মকই - ঐগি রারীসি চেফোংগী কাংবুনা পাম্বগী রাদি থম্মনা কনামতনা য়ানিংবগী রা লৈতে।
- নঙগী রারীদুনা মওংমরিন চাব ওইরদি করিগী য়ারোই হায়বগে।
- মওং মরিন চাবগী রাদি চারোই। মী খ্বাইনা খন্নদবা ইতোপ তোপ্পা রাফমনি।
- অদু ওইরদি শোইদমক য়ানি। মী খ্বাইনা খনবদা লাম্বা ফংদবা, রাখল পুখন অদুতবু অনৌ অপেনগী মশক ওইনা, তোপ তোপ্পা রাখলনোনমনি খন্না ফোংবগী রাফমনি। চাম্মদা চাম্ম ওইবদা শোইররোইদবনি। য়াম্না ফজবগী রানি।
- ঐগীদি শেরান তুরান খনবা, কাতুক কারননি।
- অদুননি ঐখোয়না য়ারিবদো। অহৈ অশিংনা খনবদা কা য়ৌহৌদবা, থুংহৌদবা শরুকশিং নঙোন্দগী নৌনমুক তানিংলিবদো। চুম্নগী লিতাংদুদা নঙগী কাতুক কারন ফেনজল্লকপা শরুকশিং অদুনমুক হেন্না ফজবা শরুকসু ওইবা য়াই।
- য়াবা য়াদবগী রাফমদি খংদে। তৌবগিদি তাইবংসিদা চুম্মে হায়রিবা পুনমক চুমবঙাক ওইথোকতে। মাক্কী মাক্কী খুদোং চাবা লৌনবা চুমহনবা ওইরম্মী।
- অদুনমুক করি রাফমনো -
- বাফম হায়ববু চুম্মে হায়না থাজনবা পুনমকতা তাৎ চঙঙি হায়রদি নঙ অতৈসু ঙকপা তাই। ঈশ্বরনি হায়না খুরমনরিবা অসি থাজবদগীনি। থাজদবা ওইরগনা -
- করি বানো খঙদ্রে। নঙগীসি মী খৎনবগী বানি।
- খৎনরুবগী করিমত্তা দরকার তাদে। ইশানা খংজগদবা - মদুদি, থাজদ্রদি চুমদ্রে। চুমদবা, ওইদববু অওইবমা শাগৎপা ঙম্মগনা হান্নগী ফিভম কাইথরক্কনি। অনৌবা ইহৌ অমদা ইনোৎ হাপলগনি। অসুম্না থাজবা অমবু শুরোন কয়া চংনা শাগৎপনা থোইনা হেন্না মগুণ চেলহনবনি। থাজবদা লাই চংহনবনি। খন্দুনা য়েংউ - ঐখোয়না নিংনরিবা লাইয়ামশিংগী মনুংদা কনানা হেন্না শাজৎ লীচৎ চুম্মী। পাওখুম অশেংবা লৈতে। লৈরিবা খরদুসু তাইবংদা চৎনদবা, মামলা মোকদ্দমা নঙগদবা পাওখুমনি। জগৎকী মপু ইবুঙো শ্রীকৃষ্ণগী রা পুশন্দুনা য়েংবিউ। আয়নগী মবেম্মা শ্রীমতী রাধিকা-বু অভিসারদা মত্ত ওইহনবতা নত্তনা মপুরোইবা আয়নবু নিপা ওইবগী ফিজোন মাংহন্দুনা তাইবংপানবগী মহৌশা কাওথোকহনখিববু কনাদসু মরান শিদদে।

অসিতসু নত্রি ত্রেতা যুগকী মবুঙো ওইরবা প্রভু শ্রীরামচন্দ্রনা মীহিংশা ওইরবা তৌঙম্বা লঙ্কা নগরীগি লঙ্কাধিপতি রাবনগী মথক্তা লান্দাদুনা সতী সীতাবু কন্দুনা পুরকখিবা মতুংদা আয়াম্বা চাংয়েং কয়াতং য়েংলবা মতুংদা সীতাবু লৌশনখি। অদুবু নোংমা করিসু নত্রবা থৌদোক অমতংগীতমক মরান শিথবিরগা সতী সীতাবু চীংমান্দা থাদোকপিবা ঙম্মিবা ইবুঙো শ্রীরামচন্দ্রনি - অতৈ কনাসু নত্তে। অরা নুঙায় খুদিংদা শরুক য়ামিনরিবা হকচাংগী শককমনি হায়না শিংথানরিবা (অর্ধাংগীনি) মতুমকপু খুনু, হৌদোং থাদোকপগুম চীংনুং (বাল্মিকী আশ্রম) দা থাদোকপা ঙম্মিবা মরা মপুরোইবা প্রভু শ্রীরামচন্দ্র-গী রাখল্লোন মীওইবা কনানসু লাম্বা ফংবগী বাফম লৈতে। মানবাধিকারগী পাথাপতা চং য়ৌনা কাইখ্রবা রাফমনি। সীতা পাৎনা লৈতবা, শাগৈ নাতৈনা য়োকতবা নুপী'চা নৎতে। জানকী নিংথৌগী মচা নুপীনি। নুপীনা শোইবা ঙাম্বা থোকলগা নিপা মচাথোকনা মপামদা থিনবগী/খাইনবগী রাফম ইয়াউ য়াওদনা চীংদা থাদোক্কনি হায়না থাদোকলুরিবা অসিবু ঙকত্রা - কনানা কনাগী বিচার শারুনি। বিচার খংদবা লমগী হৌনবী বিচাব লৈফম থোকতে। চুম্মে হায়না য়ানরবা রাফমনি। অদুবু থৌদোক রাথোক পুনমক্কী মবম তঙায়ফদনা লৈফম থোকই। ওইথোকহৈদ্রবা থৌদোকশিংগী মরম লৈজরনসু বায়েক চংফম শিংথাবা য়ানা লৈ। তৌইগুম্বসুং হাইহৈদে. তৌহৈদে. নহানমুক্কী. মাংচংকী মপোকতা লংজখিবা মবালনা হন্দমুক্কী মপোকতা হৌজিক হৌজিক ফংফম থোকপা মশানা তারা পাপকী প্রায়শ্চিত্ত-নি হায়না অর্থ হল্লী। অর্থ মহন চাদে হায়নিংবগী চাঙদা থর্মনিংঙি অদুবু হাইহৈদে তৌহৈদানমক অচুম্বদা চুম্নবাহোৎনবগী চাংয়েং তানবিবা কৌবনিনা ঐসু মাইকৈদুদা লেপ্পা নৎতনা উপায় লৈখিদে।

- য়াইমা নঙগী রাবিসিদি লাইয়ামশিংগী মথক্তা ইহৌ অমা শাগৎতুনা অন্দোলন তৌবগী রাদা তারক্কদুবি।

- ইহৌ অমা শাপৎতুনা আন্দোলন তৌবগী রাফম নত্তে। রাফম হাযববু ইশাবু ইশানা ইকচবা ঙম্নবা হোৎনজবা. খঙনবা হোৎনজবগী পাম্বৈ থিবনী। অফ ফত্তবা. অচুম আরান. থক-খা চাং নাইনা খাইদোকপা হোৎনজবগী শাজেন-নী মীওইবনা তানবিবা। ফংনবা হোৎনরিবা। ফজববু নিঙনবিবা অমসুং ফৎতবা শককশিং থাদোকনবা তানরিবা।

- য়াইমা নঙগী রাবিসি নুঙদি নুঙায় হায়ববু - নঙ তৌবগিদি নাতৈদি চাদবা জাৎনি। নঙগী রাসি তারগা চুম্মবোই খল্লকই।

- ঐদি ঙসাইনা হায়রিবদুনি - মীনা থৌজল্লগা চৎপা মীওইশিংনদি, শম্না হায়রবদা, খনথবা ঙম্বগী চাংয়েংদা হায়গৎ হায়দা থোপতা নুঙায়হল্লোয়। মসি কুপ্না নৈনবা ঙম্বা মীওইশিংদতনি লৌশিং ওইগদবা। তাইবংশিদা ফবা ফৎতবা অনি অসি তুনদুনা অদুমক লৈজরিবা অসিদসু অফবা ফৎতবসি নৈনবা লোইবা খমবা হায়বমা ইনাই নাইদে. অদুমক নমহানা লোইশনবঙাকনি। লাই ফাওবা মচরিৎ চুম্বা অমত্তা থেংনদে। মীওইবনা অমুক কদাইফাউ ফনি। ঈশ্বরনি হায়না লাৎনরিবা মখোয়সু মীচা মীখন নাই। নমথাক নর্মশিন, অকন অরিং শিংনবা থেংনৈ। অচুম্বসি করিনো হায়বসি লাইয়ামসু খংনবম্মোই।

নমহানা মাক্কী মাক্কীদু চুমহনবনি. অদুননি তাইবংদসু ঐখোয়না তোইনা তোইনা থেংনরিবা। চুম্বা চুমদবা হায়বসি ইশানা ইশাবু খঙবা ঙম্মী। পুক্লিংদা খঞ্জবা রাখলবু করম্বা থম্মোয়না উবা ঙমগনী। করম্না খঙবা ঙম্বগী পাম্বৈ লৈবগে হায়বসি থম্মোয় চেৎনা থম্মোয়নুংদা ইশানা ইশাবু হংজবা মতমদা ইশাগী অচুম অরান নমথাক তৌবা ঙমদে অমসুং ময়েক শেংবা পাওখুম খঙবা ঙম্মী। অদুগুন্না মচাবু মশক খঙবা ঙম্মীবসি মমা অপোকপীতনা খঙবা ঙম্মি মচাগী অশেংবা মপা কনানো হায়বদু। মরম অদুনা ইমাবু নিংজবা নত্তনা ইশাবু ইশানা খঙনবা তানবা নৎতনা অশেংবা অমসুং অচুম্বা থিবা ওইথোকতে।

# হনু হনুবীগী ৱারী

অহলসিং ৱারী লিগল্লী। নুঙায় নুঙায়বা ৱারী য়াওই। য়াম্না নোকনিংবসু য়াওুই। মীওইবগী পুন্সিগা নক্কবা ৱারী কয়া থেংনৈ। পুন্নমক অসি হকথেংননা ফংখিবা খুদমগী মহৈনী। ঐখোয়গী পুন্সিদসু অহলসিংনা লিখিবা ৱারীশিং নুংতি নুমিৎকী থেংনহল্লী। হায়নবা লৈ- অহল মনাকতা ফমলগা বুদ্ধি লৌশিং চাওয়ি। অহল মথিনা চফু মেল্লী। নহা ওইরিঙৈ ৱাফম অসি মেনতানা খংবা ঙমলমদে। বুদ্ধি লৌশিং চাওথোকপা য়াগনী। য়াবমক ওইরসু অকোনবগী চফু মেনবগী ৱাফমসি চাননা নোকনিংলম্মী।

অহল অমনা ৱারী মতেক অমা অসুম্না লিখি- ভারতবর্ষগী চাওরবা মমিং চৎলবা নেতা সুভাষ বসু অমনা চাওখ্রবা জনসভা অমদা চৎপগী শেমশানা খোঙশানগে তৌবা মতমদা মাক্কী য়ুমগী মবেম্মা অদুনা শোন্থয়নদুনা হায়বকখি "কর্তা ঙসিগী লুক হৌনবা করিমতা লৈতে, করি কবম তৌগনি।" জ্ঞান লৌশিংদা চেকশিনখ্রবা, লৈবাক্কী মীয়াম্না য়ানখ্রবা, মতিকময়াই লৈখ্রবা নেতাজী ঙহাক্কী ওইনা মরাই লুকথনা তুমিন্না লৈথোকখি। য়ুমগী মবেম্মদা কুইনা য়েংবা ঙমখিদে। পাওখুম পুনমক মাঙ্খিরম্মী। নেতাজীবু ঙাইদুনা লৈরিবা লৈবাক্কী অঙম অথৌশিংগী মমাংদা চিনবানথোংদগী হায়দোকপা ঙমদনা য়ুমগী মবেম্মদা চিংলপ য়েঙলমলগা জনসভাগী তাঙায়ফদবা পুংজা য়েংলগা খোঙশানখিরম্মী। নিংজিং মাংজিং খোঙচৎ অদুনা লম্বীদা ৱারী ৱাতাই য়াম্না শানিংখিবমদে। লোইনরিবা অঙম অথৌশিংনদি নেতাজীগি চিংলেম্বা মহৌশাবা হায়না খনবিখি।

জনসভাগী মফম য়ৌবে। লম্পাক চোন্না তিনবা মীথিৎ অমসুৎ লমজংদা, সড়কতা য়ৈশিন্দুনা তিনখ্রবা মীথিৎ অদু নমখায়না জনসভাগী ফম্বানথক য়ৌবদা মতম ফনা কুইনা চংঙি। মীয়াম্না মাইকৈ খুদিংদগী নেতাজীগি জয়জয়কার ধ্বনিনা পুংনিন নিনখিবম্মী। মীয়াম্না নেতাজীগি বক্তৃতা তাবগী ঙায়বদা চোকথনা খাংনবা য়াওনবে তৌইগুম্বসুং লম্পাক থানা চৎখিবদি চৎনদে। কয়াগী মতিক মীয়াম্না য়ানবা নেতানো। অদুবু নেতাজীদি বক্তৃতা মঞ্চদা কারগা ইরেন্নে তুমিন্না ঙাহাক লৈথোকখিবম্মী। লোয়নবা ফমনাইবা নেতাশিংনা নেতাজীদা হঙগৎখিবম্মী- "নেতাজী কুশতো বলো।" নেতাজীদি মীয়াম্মা জয়ধ্বনি তৌরিবা অদু ঙসাই য়ুমদগী খোঙশাল্লকপা মতমদা য়ুমগী মবেম্মনা হায়রকখিবা ঙসিদি ঐজ্রা লুক হৌনিঙাই লৈতে হায়বদুতমক নাকোংদুদা য়ৈশিন্দুনা লৈখিরম্মী। জনসভানি হায়বা কাওথোকলুবগুম তৌখিবম্মী। জ্ঞান তারকপদা শ্বব শাংনা হোনথরগা হায়রকখিবম্মী 'অন্ন চিন্তা চমৎকার।' ঙসি করি চাগনী, করম্না চাগনী, কদায়দগী চাগনী হায়বসিতমক খন্দুনা লৈবমক তারদি বুদ্ধি লৌশিং শুমহৎপা অমা চংঙি। য়ুমগী মবেম্মদা পাওখুম পিবা ঙমগনদে। লৈকাইগী মন্দোনদা করিসু হায়রা ঙমগনদে।

ঐগী পুসিন্দা শেন থোকতবা তাংকক অমা হৌখ্রে। থবক থানা পানবা ঙমদবা। য়ুমদসু থাবকথানা শুনিংদবা। ককঙাওননা লৈবা। হনজিল্লগা চাগনিতা খংবা। ফিজেৎতমক নানবা পাম্বা। শেনদি থোকতবা। মরুপ মপাংদি অদুমক খংন চানবা, অহোকনা রাখ্রবা মতম অমা

হৌখি। য়ুমগী মীনসু য়েনিংদে। তাথি তাওইনা তৌই। মীচোপ হায়নরিবা অদু মতম অদুদা ফজনা খংঙি। খংনা চানবা মরুপ মপিজাশিং দোকান্দা চা থকনা লৈবা কাঙবুশিং ঐবু উরগা চা কাপ অদু থাংগৎনা তেংখন্দা য়াংনা য়োৎশন্দুনা হৌগৎ হৌগৎ চৎনবা থেংনৈ। কয়ানি পিথক্কনি। হকথেংনরগবুদি পিথকতবা নত্তে। ঐনদি য়ুমদসু মীচোপ ওইজরবা। শিন অমসু নাইদবা কৌবনিনা শেন হায়বসিমদি থোকপা কৌবা লৈতবা কৌবনিনা মখোয়শিং অদুগা নোংমতা চামিন্নসি/থকমিন্নসি হায়বা ঙমদবনিনা ইকাইবা নংজবা মহৌশানি খনবদি হৈনহল্লী। ঐঙোন্দা অমুকতা ফৈ হায়না হায়বিদবা কাংবু অদু ঙসিদি য়াম্না শিংথাবিবে। য়াম্না চানবিরে। চা দোকানদগী হৌগৎখিবা ইমান্নবশিং অদুসু চামিন থকমিন্নসি হায়রে। য়াম্না নুঙায়রে। মরমদি শিন নাইরে। শেন থোকলে খংলে। ঐবু চানবিবগী মরম ঐনা মীচোপ ওইরিঙৈদা খংখিবা অদুগা চপ মান্নরম্মী নুপীশিংগী রারী কয়া শিংথানদে। ইমা ইবেনগী বারীবু হায়না হায়নবা থেংনগল্লী। মরম মহা চানদবা হায়বসিতবু নুপা খংদে, নুপীনি খংদে ইচন চন্নদে। শিথনৈ। ঐদি মীচোপনিনা কনাগী মনাক্তা ফমগনি হনুবী ইমহানগী মনাক্তা ফম্মুবদগী খংঙকপা বারিনী। হনুবী অমগীনি। লৈশারীঙৈ মশক মতৌ য়াম্না ফজরম্মী হায়না মশানা লিবদা থেংনহল্লী। অহোকনা হৈশিংনা মশামক ফজবীশিংদা শিংথানরম্মী হায়বসি নাকোয়ননা হাযবা ঙম্মী। মখাং চিংখৎপা ঙমদ্রবা, মথুপ নাইরবা উন উরগা ফজবম্মী হায়বগী শওংশাদা, মীৎতালাকতা য়েংলগা থাজদবা ঙম্মোই। মশানা লিজবা রারীদুদা অহল ওইববা কৌবনিনা লৈশাবীমগুম লিবদি লিদ্রে অদুবু ঐনদি লৈশাবীমগী মীহুন অদু খংবা ঙম্মী। মচা মশু তেক কায়দনা পাল্লী। পুন্সিদা থোকখিবা পিকখ্র পিকখ্রবা থৌদোকসিং অমকপা লৈতনা হায়দোকপা ঙম্মী। মশাগী ফজবা অদুখকতনা বুঙো মপানা মাকপু পামজনা লৌখিবনি হায়না নিংশিংঙি। মপঙসু খরা পঙজৈ। পঙজবা শকক্কীতমক বুঙো মপানা ঙাংজবা লেপখিদে। মহৌশাগী পঙজবা অদুদি শিংগৎলককপদি শিংখিদে। জ্ঞানমেনগী শিংলৌদি তেকখৎখি। বুঙো মপা য়াম্না চিংলেম্বা, মশা নাম্বা, নানবদা মচুম তাই হায়নৈ। কপত্রেৎ মওংগী ফৈজোম খুৎশেৎ শেৎলগা চৎপদা য়েনাখাদা চেপথনা য়েংনৈ। অদুক্কী মতিক মচুতানা শেৎতোক চথোকপদা চুনবা মওংনি। য়ুমকৈদা পংঙাং ঙাংগনদবা ওইনা তৌই। ঙাংগনদবা মওংদুদা নোংমদি বুঙোমপাদা মাক্লা অসুন্না হংগৎচরম্মী- 'মীগিদি য়ুম পানবিবা অসি অফা ফত্তা খন্নবা অমা চংঙি। বুঙো মপাদি নোংমতসু ঐগা খন্নতান্নবা অমত্তা থেংনদে, হায়না হায়শল্লবে। ইকুই কুইদনা কৌখৎলকলে। বুঙো মমা লাও-ঙসিদি নঙগা বাফম অমা তানগে খল্লি। হায়দোকতনা হারকপনিনা অথুবা মতমদা মনাকতা চংশিন্না লেপলুই। কবি অরুবা রানো খল্লিঙৈদো অসুন্না হায়রকখি। মথকতা য়াল্লিবা রাল ঘড়িসে য়োনখোক্কে খল্লি। কয়া করম য়োনসিগে- নঙ অমুকতা হায়রকউ তাগে। ফজনা খল্লগা হায়বকউ। চুম্মগী য়ুম পানবগী, নিঙাই তানবগী, মরৈ থিবগী বাফম ওইরবসু অমা হায়রগা অমা হেক খুমজনগনি হায়বসু নওে। ঘড়িসি লৈজরবসু নত্তবনিনা মমল মথা খংঙুবসু লৈতে। খঙজদে হায়না খুমখি। বুঙো মপানা হায়রকখি। ঐনা নঙগা তানদ্রিবা অদো অসুম্না নঙনা খঙদবা মরমঙাকনি। অদুননি তানদ্রিবা। মশুগাক ফংলবা হনুবী অদো ইকাইবনা বুঙো মপাগী মাংদা লেপ্পা ঙমখিবমদে। মচানুপী অমা আগবতলাদা য়ুম পানখি। বাংলাদেশকা ভারত-কা চৎথোক চৎশিন কয়া তৌনদ্রে। হান্নগীদি পংচৎ চৎনরম্মী। হৌজিকতি অফা অপুন, বর্ডার হায়বমা নাইবরা কৌবনিনা খংন চানবা, মবি মতাংনি হায়না

হেক চৎপসি ইপনতা পন্নরে। খরা কল্লিঙৈদা মশু মচা উনবগী ওইনা আগরতলা চৎলুবা থোঙচৎ অমদা মণিপুর চৎপা তাখিরম্মী। গোবিন্দজী দর্শন ফংঙুনি হায়বগী নুঙায়বা অমসু পুক্লিংদা শাগৎচরম্মী। মশু নুপীনা প্লেন টিকেট কনফার্ম তৌনা পুরকখিরম্মী, লোইননা মবোক্কী ইংথম ফি, সেন্ডেল লৈরকখি। পুন্সিগী অহানবা সেন্ডেল তোংনা অতিয়াদা পায়না মণিপুর য়ৌগদবা থোঙচৎ অদো রাখলনা লাম্বা ফংখিদে। নিংথিনা লিথোকপসু ঙমদ্রে। প্লেন মনুংদা মশু নুপীনা য়াম্না কুপ্না য়েংশিনবী হায়বমখৈদি য়াম্না তোইনা পল্লী। অপনবা য়ওদনা মণিপুর থুংখিরম্মী। মরি মতাই কনাদনো থুংখি। ইংথম থাগী ত্রৎ ত্রৎ শুংজনবা মতম্মনি। অহল ওইবগী খরসু বাজরবা হকচাং অদো চাননা পোৎথানিংখি। খংহৌদনা তুমথখিবা খংহৌদে। মীৎকপ থোরকপদা রাজাই (কম্বল) মনুংদা থরুম থরুম লাওবা খোঙদা য়ান্না লৈবগুম তৌই হায়না হৌগৎনা য়েংঙুবদা মশু নুপীনা মাক্কীতমক লৈবিরকপা আগরতলাদগী তোংলকপা সেন্ডেল অদু ওইরম্মী হায়না য়ারী ঙাকতা ঙাইরবা খদাং নোমলগা নোকপা খাংলম্মী।

হনু হনুবীগী রারীসি হন্দকতনি ঐনা লিথোকলিবা অসে।

# ডাক্তারবাবু

সামু হৌজিক ডাক্তার ওইরে। ময়ুমদা লাকলসু হান্নগুম নত্রবনি। ডাক্তারনি। মহাকপু ফংনবা লাকপা অসিমা ঙহাক্তা শংজদ্রবনি।

- সামু নংবু ফংনবা লাকই।

মমানা কন্নমক সামু-বু কৌজে। সামু খুমদে। মনাতোন শুৎশাৎ তৌদুনা লমজাইদা কাতুৎ কারন তৌদুনা লৈ। সামু-না মতোমতা খনজখি ঐখোয় ইমাসি মীমাঙ পোমাং নাইদনা ঐবু সামু হায়না কৌবসি করি নুমিৎ তোক্কদবা। ডাক্তর'মা ওইজবা ঐবু পেসেন্ট-কী মমাংদা অহোকনা চন্না এক্সপোজ তৌবা অসিনা করি করিগুম্বদা পেল্লকতবদা নৎতবা শাওনিংবফাউ য়াওরবনি। কৈদৌগে ডাক্তার বাবু হায়না কৌবা য়াবনি। নত্রে-ইচুম চুম্বা অফবা মীং'মসু লৈজরিবা। মীংদুগী মথক্তা সার্টিফিকেট অমা নপনবা হোৎনবদা হঙোই কয়া ককখিবা. স্কেলিটন (মীশরুপোলাং) গা নুংদাং লেনখিবা কয়া অসি খুন লৈকাইদি থম্মো ঐখোয় ইমানমক খৎবিদ্রবদা কিরনস্না ডাক্তার ঐবু সামুমক ওন্না লৈবা তারে। লম্বী থোংদা উনরে. খুন লৈকাইগী খংনা চানবা ময়ামসিনা নুংশিবিনা তৌববা নত্রগা হৈজদনা তৌববা খংদে- সামু. কদায়দগীনো - লাই'মা কুইখ্রে। অহোকনদি শাওংনিংবজাৎনি। কিরনস্নামক কৌজৌ. অদুসু নত্তে। ডাক্তারবাবু হায়বসিদি হায়বরোই খংঙে; সামু হায়না কৌবসিদনি তিন হৌবিবা খুন লৈকায় থাদোকনিংলিবা, ইপা ইমা উননিংদ্রিবা।

মপানদগী কুমার-না ইন্দোন, সামু লৈত্রো-

- হাঃ কুমার-রা।
- হোইনে ইন্দোন।
- লেই লেই। সামু-কুমার লাকই।

কুমার কিরনস্নাগা লেংদানি। পুন্না লাইরিক তম্বীনখিবা মকপনি। এনজিও অমদা থবক তৌনি। অফিসারনি। সমাজকী থবক ইংখাংদসু থবাই য়াওগনবা মীশকনি।

- ডাক্তার ওইখিবদগী নঙসি মওংমা ইহোং হোংবতৌনা তৌই। য়াম্না মুখৎপা ওইনা তৌই।
- কদাইদগীনো। ঐখোয় ইমাগী সামু ওইবদগী হেন্না ডাক্তার ওইবা ঙমদ্রবনি।
- য়েরা। ইন্দোন্না মচানি নুংশিদুনা সামু কৌজববু কৌজসনু। ডাক্তার কিরনস্না সামুনি।
- খংনা চানবা মরুপ মপাং. খুন লৈকাইগী মীনা ডাক্তার নি খনবিদ্রে।
- সামুনি হায়নফৌ খংদ্রবা জাৎলা ?
- করিগী খঙঙোই। সামুদি সামুনি। ঐখোয় সমাজকী চৎনবী. সমাজসিদা ওইরক্কদবা. ওইগদবা কয়ামরুমগী মতাংদা রাবী শাননীংনা লৈবা -কুইরবনী। নঙ লাকপসিদা ফনবু নুঙায়বে। ঙহাক নোকপা য়াই।

করিনো ডাক্তার হায়দোকনা সমাজকী থবকলোমদা মাই ওনশিননিংলকলিবা। সমাজনা নখোয়গুম্বা ডাক্তার, ইঞ্জিনিয়ার, উকিল, সরকারগী আমলাশিংদা মমল পীবা হৈতে হায়না বারৌবা মাল্লি।

অদুমক নত্রসু খন্দুনা য়েংউ। ঐখোয় ইমানমক পেসেন্টকী মমাংদা সামু হায়না কৌবা তারদি (কৌবদা কায়বা নৎতবা) মতিক মগুণ অমুক চেনগদবা মানব্রনে। লম্বী থোংদা খংনা চানবা মরী মতাংশিংনা থনুংদা পুখৎনা সামু কৌবগী কালচার অসিমকতি শোকপা জাথনি।

খরা হৈশিংবা জ্ঞান লৈবা মীওইশিংদি য়াম্না চমথোকনৈ হায়বা লৈত্রনে। ঐখোয়গী সমাজসিদা খরবু লাইরিক লাইশু হৈবা থবক পানবা মীওইশিংসে খরসু রারৌ চাওগল্লী। মখোইনমক চাওবা হেল্লে খনজবা, খঙবা হৈবসি লোইরে খনজবা, অসিনসু মশানা মশাবু য়াম্নমক চরাংহল্লী। মীমান্নহনদে। ময়ামনা ফমবা ফীদা-দা ফমনিংদবা। মী খ্বাইনা নোকপদা নোকনিংদবা, নোকতা নোকলসু তৌসিন্নবা মানবা। চাকচা হৈচানবদা য়াওনিংদবা। লাইরিক লাইসু তম্মুরগা মীচমগা তিনবা ঙমদবা হাইবদু থোকই। লাইরিক লাইসু হৈবা মী ওই হায়বসিতবু নোলুকপা হেল্লি হায়নবা লৈরিবনী। অদুবু মীতৈ খুজোকমতং লৈবসিদা, খুথেকতা থিবা য়াবা মশক নাইবা লাইরিক লাইশু হৈবা য়াওনরিবা অসিগী মনুংদা নোলুকপা হায়বা শরুকসি থুংবিদবা ওইনা তৌবা মরম অসিনা সমাজকা নোংমা নোংমগী লাপথোকনবা অমা থেংনৈ।

নঙগী লেকচারসিদি লাইবিক লাইশু তম্মুবা ঐখোয়গী ইরাল ওইনা তৌবে।

ডাক্তাব ওইবে হায়না মী পুনমক্কা লায়েংবা লাকপগী মওংদতা য়েংবা থোকতে হায়বগী বানী। ইন্দোন-না মচাবু সামুনি খনজবদা নঙগী ডাক্তার গী চাং হনথখ্রে খল্লীবা। সামু কৌরক্কনি নুংনাংজদুনা খুন লৈকাই থাদোকনিংলিবা অদুগুম্বা ঐখোয় মনুংদা লৈরিবা লাইবিক লাইশু হৈবা থবক থনা পানবা মীওইশিংগী মনুংদা উদবা নত্তে। য়াওনরিবনি। লয়না মখনমনি।

অদুদি লাইরিক লাইশু তমদবা মীচমশিংনা সমাজকী য়াওল পুবক্কনি হায়বনা চুমগদ্রা। ঐখোয় ইমাগুম্বা নুপীশিংগী লুচিং মখাদা চৎনবীগি বাংমদা অদুমক হিংখিবা তারি।

করি হিংঙুদগে। নঙনা নোংমতা ইন্দোন-বু পুদুনা থোকউবা, চৎলুবা, খংহল্লুবা য়াওবম্মোই। ঐখোয়না ওইহন্নিংঙিবা, শাগৎলিবা মঙ, ফজহন্নিংবা পুমনমক ইমুং মনুংদগী, লৈকাইদগী প্র্যাকটিস তৌবা অমা চংঙি। মীগী মমাংদা ইমানি, ইপানি হায়নিংদবা পোকনবকলিবা অসিমক খঙমিন্নদবা, চমথোকচবা বাৎপদগীনি। ইমাদি য়াম্না চমজৈ, লোনলি য়াম্না ফাওদে, ঐগী ইচন নুপীসি য়াম্না শিংজবা হায়বদু থোকচদে-অসিগুম্বা তেমশন তৈশিন রাহৈ, মমাই তুশিনজবা অমা চংঙি। চমজখ্রবী, খঙজদ্রবী ইচন, ইমাবু করিগী লোৎশিনগদগে। হুরানলানা, হুৎফেৎ হায়দোক হাইজিন বাহৈ, লনাইবুতা কনজবা বাহৈনা থোইনা হেন্না চাং হনথহল্লী। ঐগী রাখলদদি লাইরিক লাইশু হৈবা কাংবুসিনা সমাজতা ওনশিননিংদবা, হৌদোকঙৈদগী চৎনবী কয়া'মা য়োকখৎপিদবনা

(মাংবা য়াবা কয়া'মা মাঙজখ্রগসু) মরম ওইদুনা মাঙখ্রবনি। থাবল চোংবী, লিকন শানবা, লৈবাক তৈনবা (মাংখ্রসু কাইদবা), খুবাক ইশৈ, খুনুং ইশৈ, পেনা, মুক্না, কাং শান্নবা, নট পালা, পুঙ, শনষেণ কুম্মৈ। অতৈ ময়াম'মা অদুমক মাংশিল্লকলবনি। ঐদি বাবু সাহেব ওইরবনিনা চাওখৎতবা চিঙ্গাক, হাওফি, হাও নাতৎপা, হাও কনথি পুমমক থাদোকপা তমনরিঙৈদা মশাশিং কুলিলোন, কুলিলিচৎ চুশল্লবনি। মীতৈলোন থোকনদবা য়াওনরে। কুলি নিঙোল লৌনবা য়াওনরে। ময়াংদা ময়ুম পানবা থেংনরে। ময়াং নুপী লৌনা মচা মমৌ কে-মৌনা পানবা উরে। অসি পুনমকসি মশাবু হেন্না এক্টেমেট তৌজবা, অতৈবুনা চাং বাৎনা খনবা হৈনবগী লৈনা মখনমনি খল্লী। মীতৈ'মা উরগা মীতৈলোন্না ঙাংলকলনী খনবদা থৈদোক্নৈ। করিগীনো মশাগী মরোলবু ঙাংনিংদ্রিবা, করিগীনো মশাবু নমথীবা নুরা চাকা চেনবনী খল্লিবা।

- মওং মতৌমনি। নঙ খন্দুনা য়েংউ। চেম্বারদা অনাবা য়েংঙিঙৈদা হেকতমক সামু-ঐখোয়না লাকইসে-আঃঅদু-অদা হায়না হাওরদা, চীংমান্দা, উখোংদা ঙাংনবগুম হেকতমক লাউখোংনা অবাং অনেম চাং নাইদনা পুংঙাঙ ঙাংবা। নমথীবা চুরুৎ হেক থকচিল্লকপা। খুন লৈকাইগী খৎনা চৈনবা, ইনথোক ইনশিনগী রারী শাজিল্লকপা। মতম মহা চাদবা কয়ামরুম অসি ইথক্কী অহলশিং ওইবনা ঙাংঙুবসু য়াদবা অসিগুম্বা কয়ামা থেংনরিবনী।

অদুদি ইশাগী হৈজ শিংজবা অমনা ঙাকথোকপগী পাম্বৈ থিবা তাই। তাথি তাওইনা তৌরুবা থোকতে। তিংজবা হায়বসিসু অপনবগী চাং হাপ্পী। নঙগী পেন্দবসি মরু ওইনা সামু কৌবসিনী। ডাক্তর বাবু কোন্না শানরসি। ঙসিদি থেংঙে। রামনগরদা নুপীলান য়েংবা চৎকে খল্লি।

# মচু নাইবা মঙ

অঙাং ওইরিঙৈদা গ্রামোফোনদা খুতাম মচাগী ঈশৈ তাখিবা অমা লৈখি। ঈশৈদু অসুন্না শক্লম্মী 'মীতৈ মচা অপুম্বসে ফাজিন-পুন্সিনখিদুনা জ্ঞানগী মীহুন ফাখ্রবোইরে ...' হৌজিক জ্ঞান তারবা মতমদা ঈশৈদুগী অর্থসি মেন তাবমা হেল্লে, মীতৈ মচাশিংশি নোংমা নোংমগী ফাজিন পুন্সিনখিদুনা জ্ঞানগী মীহুন ফাজিনবমা হেল্লে হাইবসি চুম্নতগী চুম্বা নৎলমদ্রে। চান্ননা সিদ্ধ পানবা লাইবাগুম ওইরম্নে।

পুঙ ঈশৈনা উংনবা মতম অমদা নহা ওইবা পুন্সি হৌরকখি। মাঙ্গনসিদা পুঙ ঈশৈ শক্তবা নুমিৎ পুংয়াও য়াওরমদে। মতমদুদা প্রাইমারী লানথোকনা হাইস্কুল কাখৎলে। খুবাক ঈশৈগী শ্লোক তম্নবা মরক্তা পড়া ফানবা কন্না লাক্লজে। নোংমদি পড়া হাইনা হাইনা পুঙগী তান্থাসি কন্নমক টেবিলগী খোঙ থমফমদা নোম্না তান থানবা লাক্লরম্মী। খঙহৌদনা নিকখৎলকপা হেললম্মী। মরম্দি পুংলোনসি তাবদা য়াম্না নুঙাইরম্মী 'তখ্র তেংদতা তেনা নাখিতেন ঘিন. ঘিন্ড্রা ঘিন্ড্রা ঘিন' হায়বা তান্থাসি খোং নিকপদা পড়া পাথবদা য়াম্না মতেং ওইখিরম্মী। অদুবু পুঙলোনদি অমত্তা খৎপা হৈহৌদে। তানথা মেনথাসু অমত্তা খংহৌদে।

পুঙ ঈশৈ তৌবা মীওইশিং মতমদুদা য়াম্না লেম্নরম্মী। বিদ্যা তৌবা, শীন নাইবা মীওইমনি হাইনা শিংথানরম্মী। চুম্নতগী লৌমি ওইবা মীওইবুদি বিদ্যা তৌবা মীশক্তুবু পাখান তৌনরম্মী হায়বদি লেম্নরম্মী। নুপিশিংসু ঈশৈ নোংমাইদা উংনরম্মী। খুন লৈকাইগী থৌদোকশিংদা ঈশৈ মতেক অমতং শকপা ঙম্বা লৈশাবীশিং নাইতোম তান্নরম্মী। মখা মখা তারকপদদি ঈশৈ নোংমাই তৌবা পুঙ য়ৈবনচিংবা শিনফমসি শুরোনশিংনা তং তানা তম্নবা হৈনরমদে। সমাজগী মনুংদা অদুক্কী মতিক ইজ্জত লৈনরম্বা শিনফম অদুমক থোক ওন্থোকখিদুনা লৈখা তাহনবগী ফিভম য়ৌরকখি। হৌজিক নোংমা নোংমগী শিনফম অসি মাংশিল্লকপগী চাং অমদা লেপলরে। অসিগুম্বা মতমসিদা মতিক চাবা অবামন পিদুনা নেকনরক্লে।

জগোই হাইবসি মীতৈ ঐখোয়গীদি পোকতা পোকথোরকপদা জগোয় হৈদুনা থোকলকখিবগুম্বনি। অঙাং ওইরিঙৈদা তাখিবা ঈশৈগা কোন্ননা শাখিবা জাগোয়দু ঙসিসু নিংশিংবা থোকই। 'নিংথিরবা পাম্বোম থাংগৎতুনা শ্রী গৌরাঙ্গনা জগোয় শারি' হাইরপ নোনথরপ তৌনা লৈথোকপদু স্যাটলাইটকী যুগসিদসু ময়াই মুৎতবগুম খল্লি।

জগোয় শাববুসু মতমদুগী শুরোন্না হনথবা মীৎয়েংনা করেম্বা হৌখিরম্মী। হায়বা থেংনখি-জগোয় শাবী নুপীনবু কয়া য়াম্না ফরমগনি। মমিৎ য়াম্বা, য়েংখি য়েংখি মাইকৈদা নুপা চরোং থুহনবা ঙম্বীশিংনি। সমাজগী অওনবা য়াওনশিংনা মীতৈগী ওইবা হৌনশাদা শিংনরকপা ওইনা থোকহনখি। লৈশাবী মচাশিং জগোই শানিংবা. মখোন থানা ঈশৈ ঙংলম্বা পুন্নমক মাংখিরম্মী। নহারোলশিং কনানসু পুঙ য়ৈবগী শিনফমবু তরান্না লৌবা হৈনহনখিদে। পুঙ তমজবা বিদ্যা তৌবা মীওই'মবু গদা (উতুপ) থাংবনি হাইনা সমাজগী য়াওন পুশল্লকপদা শিংনখিবগী মহৈনা ঙসি পোকপদগী শিবদা তঙাউফদনা চৎঙিবা পুঙ ঈশৈ শকপিনবা শোনবিনবা শোংনা থেংনরকত্রে।

অসিগুম্বা চিরবা মতম অসিদা নোংমা খংহৌদনা ঐগী থম্মোইদা নুংশিবা নস্টালজিয়াগী তেংথাখোল ফাওরকখি। মতমদু হাইস্কুল তম্মী। ইচেনা লুরবা সংস্কৃতকী ঈশৈমা ফাদগী লাক্লরম্মী। পাবনা শকই ইচেমুক শকই। ঐসু লাইরিক পাবগী মরক্তুদা পাবনা তাকপিখিবা ইচেনা বানা তমখিবা সংস্কৃতকী ঈশৈ মতেক্তু ফাখিরম্মী। করি হাইরিবনো অমসুং করম্বা মতাংগীনো খংদে। চুম্না হাইখিবরা লাল্লিবরসু খংদে। ইচিন ইপ্পা নহান ঐনা ফাখিবা ঈশৈদু শক্লা তাহল্লুই। হ্রস্ব দীর্ঘ প্লুটনচৈবো রঘু- গুরুরভে-দনহি জানে' সংস্কৃত ওইবগী মশানা লুজবনে, খল্লেক খোনথানগা মওং তাদবনে ঐখোয় ইচেশি মতেকসি শকপদা মপুম থিৎখি। ইচেনা ঈশৈদু তারগা মখাদি ফাব্রা হংলকখি। ঐনা খুমখি-ঐদি ঈশৈ হৈবদি নত্তবনিনা পুনমক ফারুবগী দরকার তাদে। ইচেনা হায়রকখি - নংনা খঙঙিবা অদুতনা য়াবা শিনফম নত্তে তাক্লকখি। অচুম্বনি, গুরোনশিংনা মীওইবগী শিনফম খুদিং মতিক চাবা ইজ্জত তৌফম থোকই হাইবসে খংনরবসু মতাং মতাংদা শিথবিবা কয়ানা শিনফম অসি ময়াই চাইথরকই হাইবসি অচুম্বনি। শিনফম খরনা মহুৎ শিনজনখিবনা মদোম মাংজখিবসু য়াওই। অদুবু মীতৈগী ওইবা শিনফমশিংদি অমত্তা তেক্তা কাইদনা লৈফম থোকপা য়াবা রাফমনি। তৌইগুম্বসুং অনৌবা য়াওন পুশল্লকপনি হাইনা নমফু কয়ানা য়ুমফম শাগৎলগা মাংনবা শিনজনবা ওইনা থোকই। 'পেনা' হাইবা লিরবা সংস্কৃতিগী য়ুমফম অমা মুথৎপগা চপ মান্ননা লৈরবনি। মওং অসুম্না মনিপুরগীনি হাইনা শকখঙনরবা খুৎশান্নবা শগোল কাংজেবু পোলো ওনথোকখ্রে। মীতৈগীনি হাইনা মীতৈ ময়াম্না নোং খাকলবসু পোলোসু পোলোগী মফমদা, শগোল কাংজৈসু শগোল কাংজৈগী মফমদা লৈবা তাখি।

মীতৈসি মশাবু মশানা কাওথোকচনিংবা ওইনা তৌব্রা নৎত্রগা মীনা ঙম্বা পামদবা, মনিং মথা তন্না পানিংবা ফুরুপনি হাইবসিনা চুমলিব্রা হাইবসি চিংনরকপা অমা পোক্লক্রে। মবর্মদি মীতৈগী মশাগী লৈজরম্বা ইনাৎ ফিদম কাওশিন্নবগী তাৎ অমা য়াম্না শাথিনা হৈনবা থেংনৈ। মদুনমুক চুম্মব্রা হাইবসু চুমদবগুম, খরনি কাওশন্ননা মাঙবা তাকপা লোইরগা নিংশিংবা ওইনা তৌবা থেংনৈ। পুঙ ঈশৈ শকপা, শোনবা, নোংমা নোংমগী মাংথরকপগী চাং অসি শাফু কনবা য়াওন অমনা পুঙওন ওন্থোক্লা মেনখৎলকপা তারবসু হান্নগী ফিভম য়ৌরকপগী চাং অদু নোপ্পী। শাংখ্রবা লিতাং অমবু তুংওইনখিবা মরম কয়ানা নৌনা য়ুমফম শাগৎপা হাইবদু থোকই। মশানা মশাবু কাওথোক্লবা শিনবা হাইরিবসি পুঙ ঈশৈগী মতাংখকনা পান্দম ওইবদি নত্তে মতমগী লাইরিক লাইশু হৈবা নহারোল কয়ামা থবক পান্দুনা শহরদা লৈবা মতমদা মতু মচাশিং মমারোল কাওনবা আয়াম্বনি। মীতৈলোন শেংনা ঙাংবা থোক্তবা, বেলগাড়ী অনিরক শুনা উখিদবা মীওইশিংনা, লাইরিক লাইশু হৈনা থবক পানখিবা মখোয়গী মতু মচাশিং আয়াম্বনা মীতৈলোন থোক্তবা থেংনৈ। করিগীশু মীতৈলোল থোকউনি। মৈনিং কুম্বদা শাড়ী শেৎপা, অদুক চাওখৎপা মীতৈ মানবা মীতৈ কাওথোকপা মখোয়না পুশল্লকপা য়াওনশিংনি। ক্বাক্কী মকোনদা চাওবা কোকিল মচাদুগী মখানাওদা ক্বাক্লা মচিন্দুদা ইনবা খুদিংগী ক্বাক ক্বাক খোংনা মচিনজাক ইল্লফাও ক্বাকী মরোল থোক্তে। মীতৈদি মীতৈ মশানা ওন্থোকচবা নত্রগা কাওশিন্নবগী তাৎ হৈবা, তলব চাবা মীতৈ মচাদুগী মচাদো মীতৈ মরোল থোকখিদ্রে। মপাগী মহৈ য়ানবা তলব চাবা থবক পানবগী

মতিক মগুণ ফুদোকপা হাইবদু মপা মচা মীতৈরোলনা ঙাংনদবা তাঙ্কক্তুগনি। মীতৈমবু তুংওইননা ফুরুপ অমবু তাথি তাওইনবা শিনবা পামবসি মমারোল থোক্রবা মশাবু মশক খংজদবা মশিং লিকপা কাংবুসিনা শিনবা পোচৎ অসি য়াকনবা পো থাংবগী মতমনি।

চাওখ্রবা মীওইবা ফুরুপ অসি মাক্কী মাক্কী তোঙানবা শকতম অমা কাইদনা লৈনরিবনি। লৈনরিবা শক্তমসি মতমগী কল্লবা শাফুনা হুমদোকখিবদা মতম চংদনা হুমদোকখিবা ফুরুপসু য়াওরিবনি। মতমগী য়াওন্না ফুরুপ অদুবু খংহৌদনা য়োৎশনবিখিবা মখোয়গী মরাইবক অদু শিংথানা কনবা ঙমদবা তাঙ্কক অমদা খোল্লাও থমদুনা এনটিটি ক্রাইসিস অমদা ইরাকনদুনা লৈবা য়াওনরবনি। অদুগুম্বা মতাং অসিমক বাংলাদেশতা বাঙালিশিং হকথেংনখ্রবনি। নিংতম লান অমনা লোনগী ইহৌদা মায় পাকচরবা বাঙালিশিংনা মলেমগী চাওরবা ফিদা পুরকখি আন্তর্জাতিক মাতৃভাষা দিবস। ইমারোলবু নুংশিজরুবগীদমক নোংমা শৈরেং অমা আন্তর্জাতিক মাতৃভাষা দিবসকা মরি লৈননা ইখি।

মলেমগী মলয়াদা ময়েক
লোনগী লোনগৈনা
শকতাকখি শকখিবা শৈশক্লা
বাঙালিশিংনা বাংলাদেশকীদমক
নিংখাইরম্মী নিংতমগীদমক
মচিথাংবা মরৈ
মীহিংশাগী মী ওৎ মীনৈ
নিংজরুবা নিংতম্বগীদমক
মঙলুবা মঙ
পুরকখি পুখৎলকখি পুয়া পুথাং
মকালান্না মপুংফানা মলেমগী ময়াইদা
ফিরেপ ফিদমনখি ফিরালনা
পৎ পৎ পাইরি পাফল
নিংতম্না
অরাংবা অতিয়াদা।

মীনা ঙম্বা পামদবা হাইবসি চেন্দুনা হিংববুদি হাইহননিংদে। নাথৈনবা হাইবসু পামদে। অদুবু নিংতম্না হিংবগীদমক নোংমা ইরমদম লমদম মণিপুরগী লৌরি ইঙ্খোল থাদোক্তুনা ইপুধৌশিংনা অরা লান্দা চেলক্তুনা বাংলাদেশতা খুন্দাখি। হৌজিক অমুক হিংবদা মচু তারকপা ঙমদ্রগা মণিপুরদা হনজিন্দুনা ইপুধৌগী শুরোনশিংনা থিবিরকতবা মখোয়গী মফমদা হনজিল্লুবা থোক্লবদি লৌরি ইঙ্খোল তানবা লাকপনি হাইবিরকপসু য়ানা লৈরবনি। ইপুধৌ নাতৎপশিংগী চারোন শুরোন অমত্তা ওইজবা, লৈবাক অমমমদা লৈখিবা থোকলসু ফু কাইনবা ফুরুপনি। করিগীনো নাতৎপশিংগী শুরোনশিংনা চেং থোইদিং খজিকতংফাও তমনিংদবা?

মখোয়গী মফমদা লৌরি ইঙ্খোল তাল্লুগদবসু লৈত্রবা, চুম্নতগী নুংশিবা অদুগী মমি উবা ফংদবসিগী মরম থিগৎপগী দরকার অমা য়াম্না চাওনা হোদুনা লৈরবনী।

পুন্নমক অসিগী মেন তারবা পাওখুম অমা থিবগীদমক শৈরেং অমগী মতেং লৌখি।

নীংতম্বগী মঙনা য়াহিপ তানজবী
শাখপ কন্না খপতুনা পাইরিবী
কাইদোংফম, চাকতাফম থিরিবী
পাকখ্রবা মলেমগী অতিয়া পাংনা
নোংহৌ মরক্তা পাইরিবী চেক্লানা
নীংতম ফিরাল পাৎতম্না
তৎতনা পাইরি অয়ৌবা তম্না।

# নে তাদবা

মীতৈগী খুঙ্গং খুঙ্গংদা লাইশং মান্ডব লৈনরিবা অসি মতম অদুগী অহল লমনশিংনা নোম্না লিঙখৎলম্বগাকনি। হাইরিবা লাইশং মান্ডবতা ঙসিগী শুরোনশিংসু মপা মপুগী থৌরম্না চিংবা খুন লৈকাইগী কর্মক্রিয়া কয়া পাংথোকনরী। থাইনগী অহল লম্মনশিংগী থৌনা লিংজেল মান্ননা লিঙখৎলম্বা মন্দিরশিংগী তেক কায়বা শেম্জিন্নিংদবা অমসুং মথৌ তাদে খনবা নৈনহল্লে ঙসিগী হৈশিংলবা নহারোলশিং। সমাজ মজাতিগী থবক- থনাদা থৌওইনা য়াওজবা মীদুবু থৌনাইদবা লমহেনবরা হায়না চিংনবা পোকহল্লী। অমরোমদনা মথৌ কন্না নোমজবা - মশাগীতা শু - নোমনা চাজবা-ময়ুমতগী, মতু-মচাতগী হেন্না খংদবা, মরী মতাং ঙাইশেনতমক খঙবা মখোয়না লকননা হায়রী-মশাগী কাননবদি তৌদনা সমাজ জাতিগীনিকা হায়না তৌজশারীসে মাংজনবনি। সমাজ জাতিগী থবক্তা য়াওনিংদবা অমদি থৌশাবা উৎতবা কাংবুদু মাঙ্গনজাওগী কাংবুনি। মাঙ্গনগী ফমেনদা ফমলগা মতু মচাগা ইংখোন কোইবগী মাঙনঙানবীগা ঙাংনরিবদুনা লোইরে। ইংরেজীগি লোন্দা হায়রগা পেটিকুট গভর্নমেন্ট হায়রিবদুনি।

থাইনগী অহলশিংদু কম্পিউটার, ইন্টারনেট উখিদে অদুবু মখোয়গী থৌনা লিংজেল রাখল পুখন শানবগী খুদমশিং উরগা কম্পিউটার যুগকী মখোঙ থাং থোকতবা, মরিনতনবা নহারোলশিংদগী য়াম্না হেন্না শাফে। জ্ঞান লৌশিং লৈরবা নহারোলশিংনা ঙসিফাওবা অহলশিংনা লিঙ্খৎলম্বা মন্দির মান্ডবকী য়ুম্বী অমাফাও শিননিংদে, শেমজন্নিংদে। তৌবা ঙমলে ঙসিগী নহারোলশিংনা- ঙম্মিবশে থুগায়বা, হুনজেকপা, থাদোকপনি। মাণ্ডব শেমনিংদবা, মন্দির কানিঙদবা মখোয়না ঙম্মিবসে মতুগী খোঙনিং রাংবা স্যান্ডেল লৈবা ঙম্মমবদি য়াই অমসুং অঙাংগী সেবিল্যাক লৈবগী হিসাব চাওনা শাজিনবা মদুখাকনা মখোয়গী তৌঙম্বা ওইনা তৌই। অহলশিংনা তৌরম্বা, লিঙ্খৎলম্বা পুনমক মুথৎলগা অমুক্কা নৌনা শাগৎপা হৌথনৈ। শাজৎ লিচৎফাওনা হান্না চৎনরম্বা মাংশিল্লকলে। ধর্মগী মতাংদসু হৌজিক্কী নহারোলশিংনা হান্নদগী নিংজরকপা শোনজরকপা ইবুঙো শ্রীকৃষ্ণবুসু মরাল শিথবিদুনা বাই তৌথোকই অদুগা মীতৈগী মৈহৈবোলদগী নিঙজরম্বা শোনরম্বা তেংবানবা মপু ইবুঙো শিদবা-বু ওয়েলকাম্ তৌই। থাদোকপগা ওয়েলকামগী মরক্তা নে তাদনা ককঙাওনহম্বা মতাং অমদনী নহারোলশিংনা চৎফম খংদনা ঙকচানদুনা লেপলি - থিরি লম্বী। মওংশি নাস্তিক ওইবা য়াই নত্রগা গ্লোবালাইজেশন লাইনিং লীচৎ ওইহনগে খল্লম্বা য়াই। অদুবু মরম-মহা তাদবা লাইনা লাইশক খংদবগুম ওইনা তৌই।

লাইরিক হৈবগী চাংসু হান্নগুম নোপত্রে। খঙহৈবসু হেল্লে। থবক থনা পানবসু মরাং কায়নরে। তৌবগীদি ঙাংথোরকপা, তৌথোরকপা মওংতদি মচু তাবা থেংনগনদে। লাইরিক লাইশু হৈবা মখোয়দো নোঙমতা অহৈ অশিংনা তৌগনবা ঙাংগনবা অদুমনা তৌগনদে- মখোংশিংদু কুমৈ ফিওংদা লাকলসু তুংদা থুপচিন্না ফমগল্লী। খন্না নৈনবা তারসু মঙকশমদু উথুবীগুম থুজিন্না ফমগল্লী। হঙতা হংজললুরবসু মচিনদু উচেক মচাগুম মচিনদু লেংলি লেংলি তৌরনা মরন মরি শুদনা মঙকশম নোমলগা তোকই। খঙহৈতবা মরকসিদা মহাকনা তমলুরীবা

হৈরকলুরিবা পুনমকশি ঙাঙুরগা হৈখিনী খংখিনী নাতাগুম ঙাংদবা মাল্লি। উথুবি মানবশিংদো মরি মতাংনদি মচা মরা লাইরিক লাইশু হৈবনী, তলব য়াম্না চাবনী হায়না থাগৎনৈ। মরি মতাংদা ফাওনৈ। হৃরিবোব (হাতকরা) পিরকনা চানৈ। হরাইদা বোরী থাকনা থোঙনৈ। য়াম্না লেমনৈ। লাইরিক হৈরবা, তলব চারবা মীওই অমগী লুহোঙ খোংদোংগী পার্টি অমদা কদুর তেল পুরকপা পাখঙ মচামতং নত্তনা অতৈ কনামতং লাকপিখিদে। ঙমক হৈমক লাংজরুবশিং লৈকাইদা য়েনথোকখি। খরনা মাংখি। অদুগুম্বসি হন্দকসু থোকখী। মরমদি মখোয়না মমান্নবা কনাগীদসু চৎলু য়াউরুদে হায়না হায়নখি। নিঙোল মচাশিং থাজবদসু খুনগী লৈশাবী পাখং কনামত্তা চংখিদে হায়বা খুদমসু যাওনরে মরমদি মশুং মমান্নবশিংগী হরাও তয়াম্বনা চিংবা খুনগী কর্মক্রিয়াদা হৌরুবমতং লাকখিদবা অমসুং কলেজকী পরীক্ষানি, চাকুরীগি ইন্টারভিউ চৎপগিনী হায়না হায়রকখি হায়না হায়নৈ। সমাজসিদা লাইরিক-লাইশু হৈবা হেনথোইবা কাঙবুশিংসে মীগা ঙাংনদবা, তিন্ননিংদবা শোরারেন য়েংনা চৎকল্লি। মীঙোন্দা য়েংলগনা হন্থনা য়েংবগী মওংমা ইতৌতা তৌই। লাইরিক লাইশু হৈবা সমাজকী শরুকসি কাংখা থাংগুম সমাজকী থবকতা মখোয়গী পার্টিসিপেশন লৈতবা অমসুং সমাজতা মখোয়গী তঙায়ফদ্রবা অবলিগেশন অসি চাননা লৈতে। লাইরিক লাইশু হৈবা শরুকসিনা হৈজদবা কাঙবুসিবু মশুং মমান্নবা থোকতবা অমসুং থাক চাদে হায়না খন্দোকপগুম ওইনা তৌই। হৈশিংবা, খংবা হৈবা ডিগ্রী লৌবা মীওইমনি হায়না লনাইনা লাওখোংনা হায়বগী মহুৎতা মীনা হায়হনবদি ফৈ। অঙাংশিংগী লাইরিক্তা চাণক-কী শ্লোক, গায়ত্রী মন্ত্রনা চিংবা য়াওবে। চিনফা পুনরে। মপোকসিদা ব্রাহ্মণ ওইবা ঙমদ্রবসু ব্রাহ্মণ্যবাদ করিনো খঙবদা অকায়বা, অপনবা লৈত্রে। ডিগ্রী পাইরবা ইউনিভার্সিটি লোইবা নোংশা লাবনী খন্নরম্বা অদুসু ডিগ্রী পাইবা ইউনিভার্সিটি লোইনা লাকপা নহারোল ময়ামনা নোংশা লাবদুদি শরংদা চাওবা চিড়িয়াখানাদা লৈবদুনি হায়না লকনবিবা মবা লৌবিরক্তবা মতাংনি। মযুমদা এ্যান্টেনা অবাংবমা থাংগৎনা থমলবদি এ্যারিষ্টক্র্যাট ফ্যামিলিনী হায়না খংনবা ওইনা এ্যান্টেনা অরাংবা লৈবা য়ুমদুনি হায়না হায়নবদু ইকাইনরবা মতমনি।

খঙ হৈবঙাকনা থল্লবা মতমসিদা অসুক খঙ হৈবা তান্নবা হায়বসি য়াম্নমক হেন্না মচাক মরল লৈবা ব্রাখলগী মপু অমা ওইবা তঙাইফদবা মতমনি। অসিগুম্বা মতমসিদা ঐখোয়গী বাখললোনসিং সুনদা তাওদুনা মাংহনখিবগী মহুৎতা শেমজিনবা, মেনখৎপগী খুৎ থানা শুজনবগী মতাংনি। অমবু অমনা হন্থনা য়েংবগী তাংকক অদো থুপচিন্দুনা য়াম্না চানবা রাহৈনা নোলুকতুনা চংজরগা ইজাতি সমাজপু মতিক মগুণ হাপনবা লান্নী অমমম ওইনা চোংথোকপিরকনবা শাজেন তৌবগী তঙায়ফদ্রবা মতমনি।

# নুপীলান-অচুম্বগী অকনবা খোল্লাও

মীতৈগী ওইবা ইনাৎ ফিদমনা চিংবা কয়ামকুম বাংলাদেশতা কালটিভেট তৌনবা হোৎনদবদি নত্তে অদুবু মপুং ফাব হাইবদু ইথোক থোকত্রি। চাওবা কমল নিংশিং নুমিৎ পাংথোকপা অমসুং টিকেন্দ্রজিৎ নিংশিং নুমিৎকা মরি লৈননা (চহি চাম্মশুবা) চেফোং পুথোকপনা চিংবা থৌরম কয়া সাহিত্য সংসদনা হৌদোকপসি তুং ইন্নবা মী থোকপিদবা নত্রগা পেট্রোনাইজ তৌবিনবা মীওই চোংথোকপিদবনরা তুং কোইবা ইঙম ঙমদবা অমা তৌই। মণিপুরগী অঙম অথৌ লৈখিদবসিংগী অমসুং বুদ্ধিজীবিশিংগী নিংশিং নুমিৎ পাংথোকপগী থৌরম শিন লাংদবদি নত্তে। শিনলাংলিবা অর্গানাইজারশিংতা মপুম থিৎচবা ওইনা তৌই। লোইরগা ময়ামনা হরাওনৈ, কনাগুম্বনা অশোই অরান পুথোকলগা তাথি তাওইনা ঙাংবি।

নুপী লান নিংশিং নুমিৎ পাংথোকপসি মণিপুরগী মপান্দা তাদুনা লৈরিবা বাংলাদেশকী মীতৈ খুজোক খরতংনা মণিপুরীগী ওইবা থৌদোক রাথোক খুদিংবু খোমজিনলগা শাগৎলিবা শ্রীমঙ্গল শহরগী নাকতা তারিবা মৈতৈ খুঙ্গং রামনগরনী। রামনগর খুঙ্গংগী নুপী লুপ অমনা চহি খুদিংগী নুপীলান নিংশিং কুমওন থৌরম হায়না পাংথোকতুনা লাকখিবসি খৃঃ চহি ১৯৯০ ইং দগীনি। অদুগী মমাংদা ভানুগাছ মঙ্গেমখোংদা (নয়াপত্তন) নুপীলান নিংশিং থৌরম পাংথোকখিবগী রাফম লৈতবদি নত্তে তৌইগুম্বসুং খরা চাওথোকনা নিংশিং থৌরম পাংথোকপা হৌরকপসি রামনগব নুপী লুপনা শিল্লাংদুনা পাংথোকপা অসিনা শিংথানবা হেল্লে অমসুং মীয়াম্না শক খংবা হেল্লে। মীয়াম্না শক খঙলিবসি বাংলাদেশতা তাজরিবা মীতৈ অমসুং মীতৈ নত্তবা কাংলুপ খবতংগী রাফমনি। মণিপুরগী সিগনিফিকেন্স অমদি ইরাৎতা রাৎতুনা লৈজে। মণিপুরগী প্রজাশিংনা বাংলাদেশ, মায়ানমারদা খুন্দাদুনা লৈরিবা মীতৈশিংগী ঈ-পাও থিজিনবিদবা অমসুং খঙনিংঙুবগী রাখল অমা ইপোকতা পোকত্রি। চহি তরেৎ খুনতাকপা মতমদা চেন্নরকখিবা অদুগী মনুংদা রয়েল ফেমিলি অমসুং নিংথৌগী অচানবা ফমনাইবা কাংলুপ খবসু য়াওরকখি। মখোয়সিং মবৈবাকপু নুংশিজবা মীওইনি। ভারত সরকারদা মণিপুরদা অমুক হনজিনজগে হায়না আপিল তৌখিবগী চেরোল কয়া থিজিনবদা ফংনবা লৈ। মরৈবাকপু নুশিজরবসু অমুক হনবদি ওইথোকখিদে। মখোয়না মণিপুর থাদোরকখিবা মতমদা লৈহৌবা নিংথৌ কোনুংনা চিংবা মীচম প্রজাশিংগীসু লৌরি ইংখোল কাইদা তেকতনা লৈহৌবা মহৌশানী। হায়বিবা লমতু বাজেয়াপ্ত (ফংহনখিদবা) তৌখিবগী রাফম ইতিহাসতা পনবগী রা থেংনদে। চহি তরেৎ খুনতাকপা মতমদা মণিপুরী ইচিন্নাও ময়াম কায়নখিবগী নিংশিং খুদম অমা মণিপুরদা থিজিনবা থোকই। মসিগী মতাংদা ইতিহাস ইবা ময়ামনা থিজিনবিরবদি চহি তরেৎ খুনতাকপদা কাইনখিবা অদুগী নিংশিং ফুরা, অমা মণিপুরদা শাগৎফম থোকই। মণিপুরগী মপান্দা লৈরিবা মীতৈশিংনা মণিপুরগী থৌদোক রাথোকপু নাকোং থাংগৎতুনা তাবা হৈনগল্লী। মণিপুরগী চৎনবীবু চৎনবীনি খনবা হৈনগনবা মীতৈনি। মালেমগী মীতৈশিং পুন্নমক ইচিন ইনাওনি। মণিপুরনা হৌদোরকফমনি। ময়ামগী পারি পুরী খোইরী নাওফম তাফম মণিপুরনী। মণিপুরদা নুপী লানবু কবি হায়না করম্বা মীৎয়েংদা য়েংলিবা অদুগা বাংলাদেশকী মণিপুরীশিংনা নুপী

লানবু করি হায়না লৌনরিবা মসিসু য়েংশিনবা য়াই। বাংলাদেশকী রাষ্ট্রীয় থৌরমশিংবু মণিপুরীশিংনা থৌওইনা পাংথোক্‌নিংদবা তৌইগুম্বসুং নুপীলানগী থৌরম, রাসপুর্ণিমা উদযাপনকুমবা থৌরমশিং ইজ্জৎ থৌনা লৌশিং পুন্নমক্না শৌগৎলগা হোৎনৈ। বাংলাদেশকী লানঙম নুমিৎ (বিজয় দিবস), নিংতম নুমিৎ (স্বাধীনতা দিবস) কুনমাথোই ফেব্রুয়ারী (২১শে ফেব্রুয়ারি) করিগীনো খংনিংবা পোকতে। ভাষা আন্দোলন্দা শহীদ ওইখিবা রফিক, জব্বার ইশৈ ওইনা 'আমার ভাইয়ের রক্তে রাঙানো একুশে ফেব্রুয়ারী আমি কি ভুলিতে পারি (কুনমাথোই ফেব্রুয়ারীদা ইচিন্নাওশিংগী ঈ মরিকনা শঙখিবা মচুবা করম্না কাওরসিগে) মীতৈ নত্তবা রফিক জব্বার বু ইচিন্নাও করম্না ওইফম থোকই হায়না নিঙাই থিগৎপা হোৎনবা কাঙবু অমগী মফমদা বাংলাদেশকী রাষ্ট্রীয় অনুষ্ঠানশিং করম্না পাংথোক্কনি অমসুং দেশ অসিগী চুক্ক্রী পায়রিবা কাঙলুপশিংনা মণিপুরীবু করম্বা মীৎয়েংদা য়েংবা য়াই। নিঙাই থিগনবা লাইরিক লাইশু হৈবা মীওইমনি হায়না খঙনবা মীতৈ মচাশিংগী বাখল অঙকপনি। নোংমতা একুশে ফেব্রুয়ারীগী অয়ুকতা থেংনদে, বিজয় দিবসতা উদে। স্বাধীনতা দিবসতা শরুক য়াগনী খনদে। মখোয়শিঙ অদুগা রারী বাতাই শানবা মতমদা রাজনৈতিক সচেতনতাবোধ রাৎলি হায়রুবগী পারা লৈতে। অদুবু ঙকতবদি ঙমদে। মসিনি বাংলাদেশকী মণিপুবীশিংগী চাওরাকপা রাজনৈতিক চেতনাবোধ। মসিগুম্বা অরানবা রাখলসিং কোকনবা উপায় থিজিনফম দরকার তাই। লানঙম নুমিৎকী হরাও নুঙায়না থল্লবা ডিসেম্বব থানি। ডিসেম্বরগী তাং ১৬ বাংলাদেশকী বিজয় দিবসনী। য়াম্না শিংথানবা থা ডিসেম্বরনী। লানঙম (বিজয় দিবস) নুমিৎকী হরাও তয়াম্বগী মনুংদা রামনগর নুপী লুপনা শিনলাংবা নুপী লান থৌরমনিনা বাংলাদেশতা খুন্দাদুনা লৈবা মীতৈশিংগী পুন্সিদা অনৌবা মাত্রা'মা তোপশিনবা হৌখিরম্মী। মীতৈ খুনগংদা করি কুমহৈ থোকই। মণিপুরদা করি ফিল্ম চৎলি, অচৎ অরোক্তগী ই-পাও লৌনৈ অদুগা বাংলাদেশতা করি তৌরি, থৌদোক রাথোক থোকলি হায়বা ঙমদে। মসিদগী হেন্না ঙকনিঙাই করি লৈফম থোকই। ১২ই ডিসেম্বরগী মতুংদা ১৬ই ডিসেম্বর বাংলাদেশকী লানঙম নুমিৎ-নী হায়বসি মণিপুরীশিংনা খংনরমগদ্রা হায়বসি চিংনবা পোকহল্লী। রাজনৈতিক সচেতনতাবোধ রাৎপা জাতি'মগী মফমদা ঐখোয়না আশাগী মৈরী চুখৎপা হৌরকপদা মঙায়রী হায়বসি হায়মনবা থোকলোই। ঙাংলগা খঙবা ঙম্বা, খংমিন্নবগী চাং অসি অতৈসু শৌগৎপগী দরকার লৈরী। নৎত্রবদি মমা মপানা হৌজিকতা পোকচরকপা মচাবু লাকপদি য়াই তৌইগুম্বসুং লোনদি ফাওনদ্রি। জ্ঞান তানদ্রি। খরা খঙ, খরা খঙদা চৎপদি মচৎপা য়াই। জ্ঞান তানদ্রবসু মেনখৎপদি লেপ্পা য়াদে। মীতৈ অমা ওইনা মীতৈবু নুংশিজে। লোন ফাওনবা কৌবনিনা লোনবু নুংশিজে। মীতৈগী ওইবা খুদিংদা চূশীন্নবা হোৎনজৈ। নুপীলানগী থৌনা ফবীশিংগী রারী রাখোং তানিংবা অমসুং খংনিংবগী ইথিন অমা ফাওরকখি।

নুপী লান হায়না খংনবা রাফমসি করিগীনো হায়না কুপনা থিজিনবা নৎত্রগা হংনিংঙুবা থোকলুরবদি পাওখুমদা ফংখি-অচুম্বগীদমক্তা অহানবা খোল্লাওনি। মীওবগী খোল্লাওসি মী ওইবগী মফমদনী। বৃটিশ কলোনীনা মালেম শিনথুংনা পাল্লিঙৈ মতমদুদা মণিপুরী খুন্নাইদা লোই মপু বৃটিশনা কোলু শুম্বগুম শুমখি হায়না হায়নবা থেংনৈ। মতম অদুদা থৌনা ফরবী মণিপুরগী ইমা ইবেনশিংনা অপুনবা শক্তম অমা লৌরগা লাওরকখিবা

খোল্লাও অদুদা ফোং ফোং শারবা নুংশাশ্বর অমা ফাওহনবা ঙমখি। খোল্লাওদুদা থোকলক্‌খিবা রাহৈ পরেংদ্রু অসুমনা ওইহনবা য়াই 'মীওইবা অমদা য়েংবা মীৎয়েং য়েংবিয়ু; ঐখোয়গী চাকখাও মথপিগনু।' মতম অদু শক ১৯৩৯ ইংগী ডিসেম্বর থাগী তাং ১২ দনী। অদুবু হায়রিবা মতম অসিগী খরা মমাংদগী মীৎ লাওনা পাংথোকনা য়েংবা হৈবা মীওই য়াওদবদি নত্তে। নীংমাং য়েংনা ওই য়েৎ নাইনা চৎপদা হৈনগনবা অমদি রাজনীতিগী পোলিসি পুশিনবা অমসুং বাখললোন খনবা হৌরকখিবসি শোক ১৯৩৪ ইং অদুরাইদগী থিবা হৌবা য়াই। বৃটিশনা পাল্লিঙৈদা শ্রীযুক্ত মহারাজ চুরাচান্দ সিংহদা খৃঃ ১৯১৭ দা অহানবা জার্মান লান্দা মণিপুরনা লান্দা তেংবাংবগীতমক সি, বি, ই, অমসুং মতুংদা কে,সি,এস,আই উপাধি পিরকখি। উপাধি লৌরুরগা হল্লকপা ওকনবা প্রজা মীয়াম তিন্নবা শিনলাংদুনা শ্রীযুৎপু মীয়াম্না ওক্লবা শিনখি। ধর্মগী ওইবা জগোই বাস নত্তনা মীয়াম পংতিন তিন্নরমদবা মতমনি। অদুগুম্বা মীতিন য়েলহৌঙৈদগী অমুক্তা থোকখিদ্রিবনী হায়নবা লৈ। শ্রীযুৎপু ওকনবা শিনখিবা মীওইশিমক হিজম ইরাবতনী। শ্রীযুৎ য়াম্না হরাওখি। মসিগী খুদোং চাবা মতাং অমদা 'নিখিল মণিপুরি হিন্দু মহাসভা' শেমখিরম্মী অমসুং শ্রীযুৎনা সভাপতি ওইবিখি। শোক ১৯৩৮দা মণিপুরি মহাসভা অসিগী ৪শুবা চীংঙাগী অধিবেশন্দা রাজনীতিগী ওইবা রারেপ কয়ামুক লৌরকপা হৌরকপদা মহাসভাসি কোর্ট দববাবনা বে-আইনীনি হায়না লাওথোকখি। শ্রীযুৎনা চিংবা সরকারী কর্মচারী খুদিংমক ফম থাদোকপা হৌখি। হিজম ইরাবতনা ভাইস প্রেসিডেন্টকী ফমদা লৈখি। মতম অদুদা চৎনবম্বা শিংথাবা য়াবা শুদৎ নৈহৎপা নীতি কয়ানা নমথবম্মী। খুদম ওইনা - লৈম নিংথৌকোন, অকল অথৌ, ফিজেৎ চাকচা, লৈঙাক লৈশেল অমসুং ধর্মদা লাইয়ুংবা অসিনি। হায়বিবা মতাংশিং অসি তোঙান্না অমুক নৈনদ্রে।

হৌজিক রাহং অমা পুশিল্লকপা য়াই মদুদি কবিগী নুপী লানগী মৈরী চুখথ্খি। পুন্নমক অসি হিজম ইরাবতকী বাখললোন্দা মচু কয়া শংজিনখিবা অদুগী মঙনী। রাজনীতিগী চেতনা ফাওদ্রিবা মণিপুরদা হিজম ইরাবতনা রাজনীতিগী চেতনা পুশিনবা হৌখিরম্মী। অহানবা ওইনা আসামগী থাও কোম্পানীগি শিনমীশিংগী ফংফম থোকপা হককীতমক ষ্ট্রাইকতা সোলিডারিটি উৎপগী রারেপ থাখি হায়বগী খুদম লৈরম্মী। শোক ১৯৩৮ ইংদা মীয়ামগী চেং থাবা থিংনবা আন্দোলন অমদি মীরৈবাক্কী পোৎ লৈদবগী ইহৌ পুশিল্লকখি। মতুংদা শোক ১৯৩৯ ইংদা হিজম ইরাবতকী - মঙফাওর্খিবা নুপী লান্নী (হিজম ইরাবতপু জননেতা ইরাবত হায়রগা খংনৈ)। নুপীশিংগী থৌনা পাঙ্গল উৎপগী সংস্কৃতি অমা মতমদুদা ভারতবর্ষগী মচি মচিদা জয় জয়কার অমা থেংনৈ। মফম কয়াদা জমিদার জোতদার কয়াগী মায়োক্তা নুপীশিংগী থৌদাং শিংথানখি। ১৯৪৬ ইংদা দিনাজপুরদা হৌখিবা তেভাগা আন্দোলন, ১৯২১ ইংদা চাঁদপুরদা থোকখিবা চা বাগান শ্রমিক ধর্মঘট, ১৯৩০ ইংদা ভানুবিল কৃষক আন্দোলন। ভানুবিল কৃষক আন্দোলনা নুপীশিংগী থৌদাং খ্বাইদগী হেন্না শিংথানখি। বাফম অসি মণিপুরীশিংগী অহোকনা চাওথোকপা য়াবা ইতিহাসনি। নুপীলানগী রারী রাখোং থিজিনবদা ভানুবিল কৃষক আন্দোলনগী মচাক হাপচিন্না চাংদম্মদি পুপী লানগী (মরু ওইনা মীতৈ) ফজববা অর্থ অমসুং মতিক মগুণ পুথোকপদা খুদোং চাবা হেনগৎলি। খুদম ওইনা মণিপুরদা জেলিয়াংরোং মুভমেন্টদা চহি ১৯ শুজবী কবুই নিঙোল গাইদেলুগী লুচিংনা নোংম নোংমগী নোংশাগী

পাঙ্গল হাপচিল্লকপদা বৃটিশ সরকার মীপাই থিখিবগী চাং হেনগৎপনা মরম ওইদুনা গাইদেলুবু রাজবিদ্রোহী-নি হায়না লাওথোকখি। গাইদেলুগী থৌনা অমসুং মরৈবাক নিংবগী লোৎনাইদ্রবা অদুনা কবুইশিংগী মফমদদি জোয়ান অব আর্ক হায়রগা খংনৈ। অসোমদনা ভানুবিল কৃষক আন্দোলনগী বৈকুণ্ঠ শর্ম্মা গী মচা নুপী (বৈকুণ্ঠ শর্ম্মাগী লুচিং মখাদা ভানুবিল কৃষক আন্দোলন হৌখি মহাক্কি ময়ুম ভানুবিলদনী) চহি তরাতরুকতা শুজবী লীলা দেবী (লৈহাও দেবী হায়রগা খংনবা) গী মৈরী চুন্না চাকখৎপগুম মাক্কী মচিনদপী থোকলকপা বক্তৃতা, মৌলভীবাজার জেলা গেট মমাংদা তিনখিবা মীয়ামশিং মাক্কী বক্তৃতা তাবদা হয়িং খোইনা শুমবগুম শুমহৎখি হায়নবা লৈ। জোয়ান অব আর্ক গুমলবা বীরাঙ্গনা লীলাবতীনা ভানুবিল কৃষক আন্দোলনদা থৌনাগী ইনোৎ হাপচিনবা ঙমখিরম্মী। লীলাবতি ভানুবিলগী রাংমদা লন্নাইগী ওইনা মীংচৎ উরোং খিনবা ঙমখিরম্মী। ভানুবিল কৃষক আন্দোলনগী রাফমসি উপমহাদেশসিগী খবর কাগজশিংদা বাই চাইখি। কলকতাগী সভাশিংদা রারেপ কয়া লৌদুনা প্রতিবাদ খংহনখি। মসিপী পাও অসি ভারতবর্ষগী অতিয়া লানথোকতুনা বিলাত য়ৌখিরম্মী। বিলাতকী পার্লামেন্ট লেবার পার্টি সরকারগী বিরোধী পার্টিনী। বিলাতকী পার্লামেন্টতা ভানুবিল কৃষক আন্দোলনগী তু চুংলবা ইপাওনা মীপাই থিহনবা ঙমখি অমসুং অচুম আরান য়েংবগীতমক লেবার পার্টিগী সদস্য অহুমনা শেমবা কমিশন অমা ভারতবর্ষদা খোংশাল্লকখি। মদুগী মনুংদা মিস্ উইলকিনসন, লেবার পার্টিগী ভারতীয় সদস্য কৃষ্ণমেনন-না চিংবা অতোপ্পা নুপী সদস্য অমগা ভানুবিলদা লাকখিরম্মী। তদন্ত রিপোর্ট অসিনা বিলাতকী খরর কাগজশিংদা নে তাহনখিদে অমসুং সরকার নীংমাং চিংবা হৌখি।

মণিপুরগী নুপীলানগী নুপীশিংগী থৌনা অমসুং গাইদেলুবু কবুইশিংনা জোয়ান অব আর্কনি খনজবা অমসুং রাণিমাতা হায়না শিংথাজবা অমরোমদনা ভানুবিল কৃষক আন্দোলনগী লীলাবতীবু জোয়ান অব আর্ক গুমলবা বীরাঙ্গনানী হায়না লৌনরম্মী। হায়রিবা থৌদোক অসি মফম অমত্তদা হায়ননা শিন্দুনা থোকহনবগুম থেংনহল্লী। মতম পুন্নমক্তা হৌখিবা ইরাং অচুম্বগী মাইকৈদনী। অপুনবা খোল্লাও হায়বসিতবু থৌনা চংঙি। অচুম্বগী অকনবা খোল্লাও মখাদা ওৎ নৈবা জমিদার জোতদার অমসুং মলেমদা শক্তি লৈখ্রবা বৃটিশ সরকার মাই থীখি।

# বাংলাদেশকী মণিপুরী খুন্নায়দা ওইরকলিবা শক্তম

চহি তরেৎ খুনতাকপা হায়না খঙনরিবা চাওখ্রবা থৌদোক অসিগা মরি লৈননা মণিপুরী ইচিন ইনাওশিংনা কাইনখিবসি থৌওইনা থিজিনবা অমদি খঙনিংবা মীওই চোঙথোকলকখিদে। লাইরিক লাইশু হৈরবা পন্ডিৎশিংসু ময়ুমদা ফমলগা ইতিহাসকা মরি লৈনবা ভল্যুম কয়া, আর্টিকল কয়া, রেফার‍্যান্স কয়া মমিৎ চোকফৌ চৈথারোল কুম্বাবা, পারগা মায়ানমারদা, বাংলাদেশ তা মীতৈ খুন্দাদুনা লৈ হায়বনি। অমগা অমগা নুংশিনবগী, চৎথোক চৎশিন, ই-পাও লৌবনা চিংবা হোৎনবা য়াওদে। থিজিনবা পাম্বা মীঙই থৌওইনা চোঙথোরকখিদে। ইতিহাসকী তমথিরবা লমাই কয়াদগী মচিৎ মচিৎ মণিপুরীশিংগী নুংশিজরবা মরমদম মণিপুরদগী মফম কয়াদা খুন্দারকখিবগী ৱারী খোঙগুল পরিং চুন্না লৈরী। মতম অদুগী থৌদোকসিমক তমথিরবা ইতিহাসকী খোঙচৎ অমদা মচোই মচোই তাখিবনি।

মরিক চুন্নবা ইতিহাস লৈবা মহৌশানী। অদুবু বৈজ্ঞানিক ওইবা মীৎয়েংদা থিজিনবা হৌরকপদা মঙাইবি। অচুম অরান হায়বা বাফম পুশল্লগা নৈনবা য়াই। খুদম ওইনা শিজিন্নবা য়াবা ৱাহৈ পবেং অমা পনবা য়াই মমাঙৈদা চুন্না চৎনবম্মী-হৌজিকনা ইশিং ইচাওবদগী লম্বী থৈখিদুনা কোইনা চৎপনী। অসিগুম্বা থৌদোক ৱাথোক কয়াতং থিজিনবা অমদি মেনখৎনবা হোৎনবা সংস্থানশিং চোঙথোবকত্রি।

আধুনিক শিক্ষা ফংলবা মমিং মথা য়াম্না চৎচরবা কাঙবুশিংদদি চৈনা ফাওরকপসি মতম কুইরবনি। চৈনা ফাওরিঙৈদা য়াম্না কন্না হোৎনবা হৌগৎলি। হৌগৎলম্বা, পুশিল্লম্বা আইডিয়া অদুগা পাম্বৈ ওইবগা শুজনবা অমদি তানশিন্নবা মীওই চোঙথোরক্কে। মধুমংগলনা ইবা মীৎকপথোকপা চেফোংদা থেংনখিবা অরা লৈবাক্তা মীতৈ অমসুং নিংঙোম্বম থম্বালনা ইবা লীথোক্ত্রিবা কতেশিংগী ৱারী অদুদা থেংনহল্লী মন্দলেগী মীতৈশিংগী নুংশি ৱাহৈ মতেকমতং মরকসিদা হাপচিনজগে। মায়ানমারদা মীতৈশিংবু কতে অমদি মীতৈ বামোনশিংবুনা পোন্না হায়না খঙনৈ। বাংলাদেশীগী কতেশিংগী ৱারী লিখুন থিবগী খোঙচৎ অদুদা নিংঙোম্বম থম্বাল অমসুং গুণমণি ১৯৯৭ ইংগী ফেব্রুয়ারী ১৮দা মন্দলেগী ঐগ্যা সুন্দর গোপাল গা ফংননা শানখিবা ৱারী মতেকমসু পুশননিংঙি- খুলদো হেক য়ৌবগা মীতৈলোন ৱাহৈ অমফাওবা ঙাঙথোকপা ঙমদ্রবা মিন্দেত খুলগী কতে অহল লমন পাখঙ লৈশাবী শিংনা মখোয় অনীবু চিড়িয়াখানাদা য়েংনবা শাগুম য়েংবগী য়োমশীলম্মী। চীম্বানথোংগী লোন্দা ফাওনবা ঙমদ্রবসু থম্মোয়গী লোন্নদি পিরায় পিবোইননা ৱাবী শানখি-কয়াদা নুংশিননা, অন্থোকনা চান্ননা। থম্মোয় কায়ববা অদুঙৈগী মতমগী ঈবোন্নুংদা লুপখ্রবা কাংখুল, মুৎখ্রবা খুন্নাই অমগী ৱারী শীঙগুল কয়া। ঐগ্যা সুন্দর গোপালনা ইন্টারপ্রেট তৌবিদুনা U-kyaw thein গা পুঙ অমা মখায়রোম হেন্না শানরকপা ৱারীশিংদুদা মীতৈলোন অহুমখক খংঙি হায়না তম্বীরকখি-মাংবা-শেংবা, ৱাই তৈবা, অপোক অসা। হল্লকলমদাইদা মখোয় অনিবু মন্দেতকী কতে শিংনা মীৎলু নাপোম ঈহৌননা চিংনা য়েংদুনা লৈহৌই। মশামকনা মশাবু মীতৈনি, মীতৈগী ঈনি হায়বা কাউখরে। মবমদম লমদম কায়নখিবা মণিপুরীশিংগী নিংশিং নুমিৎ পাঙথোকপা অমসুং ৱারী

লীখুন অসিগা মরি লৈননা বাংলাদেশ অমসুং মায়ানমারদা লৈরিবা মণিপুরীশিংনা মণিপুরগা কাইনখিবা মতাং কুপনা থিজিন্দুনা চহি তরেৎ খুনতাকপা নিংশিং ফুরা অমা মণিপুরদা শাগৎফম থোকই। মণিপুরী লৈরিবা সংস্থান শিংগী মাইকৈদগী বাংলাদেশ অমসুং মায়ানমারনা চিংবা মফম কয়াদা খুন্দাদুনা লৈরিবা মীতৈশিংগী পুন্সিদা শিংথানিঙাই ওইবা অচেৎপা থৌদাং পায়খৎতনদি নোংমা নোংমগী ময়ানমারদা থোকলিবা/ওইরিবা মণিপুরীনি হায়বা রাখললোন চেনদবগুম্না মশাবু মীতৈনি হায়বা কাওখিবগুম বাংলাদেশতসু ওইরকপা য়াবগী ফীভম লৈ।

হায়রিবা থৌদোক রাথোকসি ওইরকত্রিঙৈদা কাঙখুল মুৎত্রিঙৈ মখোঙ শোন্বীরবদি মুক্তিগী আশামদি উবা ফংব য়াই। ভারতকী মনুং চন্না লৈরিবা ত্রিপুরাগী মণিপুরীশিং বাঙালি সংস্কৃতিগী অরংবা শরুকনা কুপশিনবা হৌখিবগী রাফম থেংনবা য়াওরে। মরম অদুনা মণিপুরগী স্কোলারশিংনা চিংবা সংস্কৃতি কর্মীশিংগী অপূনবা মণিপুরীগি শক্তম অমবু শাগৎপদা চংঙিবা মচাকশিং তেংবাং ইনোৎ অমা পুশল্লকত্রবদি ইংথম থা অয়ুক্কী লৈচিন মরকতা লৈবগুম লৈবা তাই। ত্রিপুরা শিলচর অমসুং বাংলাদেশতা থেংনরিবা বিষ্ণুপুরিয়া ইস্যু অসিদসু মণিপুর সাহিত্য পরিষদ-না চিংবা মণিপুরগী স্কোলারশিংনা অকনবা খোল্লাও থমবগা লোইনা মতেং পাংদ্রবদি মণিপুরীগি লাইবকতা তোৎলিবা হামুক অসি কোক্কনী হায়বসি আশা থমবদা রানা থোকই।

জননেতা ইরাবতনা শাগৎলম্বা যুমফম, পুখৎলম্বা রাখললোন অসি মণিপুরীগি খুন্নাইদা অমুক্কা নৌহৌনা পুশিল্লকফম থোকই। বাংলাদেশ মণিপুবী সাহিত্য সংসদকী চহিগী মীফম অমদা মণিপুর সাহিত্য পরিষদকী প্রেসিডেন্ট প্রোফেসর এস, নীলবীর শাস্ত্রীনা লুচিংবিদুনা, প্রোফেসর এলাংবম নীলকান্ত অমসুং পরিষদকী জেঃ সেঃ প্রোফেসর ডঃ ইবোহনবী শরুক য়াখি। মখোইনা জননেতা ইরাবত কী মতাংদা থিজিনবিখি। বাংলাদেশতা জননেতা ইরাবতকী নিংশিং ফুরা অমসু  ভানুবিল খুনগী কৃষ্ণ চন্দ্র প্রাথমিক বিদ্যালয়গী নোঙপোক মচিদা যুম্নাম পীবাগী লমদা ফাউন্ডেশন ষ্টোন তৌবিরম্মী। মফম কয়াদা জননেতা ইরাবতকী নিংশিং ফুরাগী আরকিটেকচারেল ডিজাইন অমত্তা ওইনবা বাংলাদেশকী মাইকৈদগী আপিল থমখি। অসিগুম্বা লুচিং মান্নবা থৌদোক কয়া আইডেনটিফাইড তৌবগী দরকার লৈ। মীশিং লিকনা লৈজবা বাংলাদেশকী মণিপুরী সংস্কৃতিগী পুকৈ অসিদা মণিপুরগী সংস্কৃতি কর্মীশিংগী অচেৎপা খুৎ চংদনদি মমুৎ তাবা সংস্কৃতিগী ঈচেলদা ঈথৈ লাক্কনি। পরিং চুম্বা হায়বদুসু থোকলোই। মরম অদুনা সংস্কৃতি চর্চাগী লমদা বাংলাদেশ মণিপুরী অনিগী খোঙথাং মান্ননা পুরদি মণিপুররোমদগী সংস্কৃতি কর্মীগী মতেং চঙফম থোকই। নুংশিবগী অচেৎপা মরিতনা অবাৎপা কয়া মেনখৎনবা পাম্বৈ পুথোকপা তাই।

মণিপুরীশিংগী মরাইবক থিরবা তমথিরবা মায়ানমাবগী কতেশিং মীতৈলোন ঙাংখিদরে, ফিজেৎ চাকচা ওনখরে, পুনমক বার্মিজ ওনখরে। মদুগী মরম ওইবা য়াই সংস্কৃতিগী চর্চা লৈখিদবা, কয়া থৌওইদবা, হৌনবী চৎনবী কয়া কুপ্না য়েংশিনহৌদবা। পুঙ য়ৈবিনবা ঈশৈ শর্কপিনবা শিবদা, নাবদা শক শোল্লীবা থৌরম কয়া নোংমা নোংমা রার্থশিল্লকখিদুনা মশাবু মশানা মণিপুরীনি হায়বা কাওবা হৌখি। মীতোপশিংনা হংলকপা রাহংগী পাউখুম পীবা ঙমনরকখিদবা মীরোন য়াম্না শেংনবা ঙাংবা ঙম্বা, মীগী ফিজেৎ চাকচাদা চুশিল্লকখিবনা মরম

কয়ামরুম লৈরম্বা য়াই। অসিগুম্না থৌদোক বাংলাদেশকী মণিপুরীশিংগী মরাইবকতা ওইফদে হায়বা য়ারোই। ঐখোয়গী পুন্সি অসিদসু অসিগুম্বা থৌদোক রাথোক থেংনদবা নত্তে। মীৎকপথোকপা পত্রিকাগী সহ-সম্পাদক্কী রিপোর্ট অমদা হায়রী ঙসি ঢাকাদা মণিপুরী লৈ হায়বসি বারীতা ঙাইরক্কে। কনানসু ঢাকাদা মণিপুরী লৈরী হায়বা বাখল চেল্লমলরোয়। নোংমদি বারী অসি চেমায়গী রারী ওইহৌরগনি। ঐখোয়না চেমায়গী রারী অসি ফাওবা লিতাং চুন্না থম্বিরমদ্রবদি নোংমা নত্রে নোংমদি চেমায়থক্তগী ফাওবা শোয়দনা মাঙখিগনী। মণিপুরী পাড়া অসিগী অকোয়বদ অবাং নোংপোক এয়ারপোর্ট রোড, ফার্মগেট অসিনা কোয়সিন্দুনা লৈ। ... মহাক্না লৈশারীঙৈদা ময়মনসিংগী দুর্গাপুরদা চৎলম্বগী রারী অমসু থৈংনৈ। হৌজিক রাইখোম দধিনা লৈরিবা য়ুমফম অসি সরকারী পতিত লমনি। মপুরোইবনা মৃত্তিকা সম্পদ অফিসতা গাড়ী শ্বো (ইঞ্জিনিয়ার) গী থবক তৌরম্মী। মমিং কুঞ্জবাবু কৌই। রিপোর্টতুদা থেংনহল্লী ইমাদুগী মাইথোংদা লৈত লাইর, অরা অনাগী মমি তাই। শেৎলি ইনলিবা ফিরোলশিং অদু লাইরজৈ নর্ংঙি খঙখিনি মতাগুম চেকশিন্না হোৎনজৈ। অদুবু কেমথরকলবা ফিজোল, অকোয়ব য়ুমশিংদা ইলেকত্রিক মঙালনা পুমঙাল। তৌইগুমসুং ইমাগী অপিকপা খাংপাকনুংদুদা অপীকপা থাউমৈ কুপি উবদা মতাং চানা ইশৈ মতেক অমা নিংশিংহল্লী 'নুংশিদ্রা য়েংঙু উচানগী মৈবা কপ্লীঙদবা নঙবু উবগা তোইনা।' মসিনি মাংথরপগী খুদম মীৎনা উবা বাংলাদেশকী চালচিত্র। হবপ্পা মহেঞ্জোদাকগী সভ্যতাবু শিংথানববসু মফম অদুগী মীওইসিংদা সভ্যতাগী মমি উবা ফংদগুম মণিপুরগী ফজবা ... থৌনাগী রারী পুন্নমক ইতিহাসকী লামায়দতা লৈবা তারগদ্র হায়না চিংনবা পোকলকই।

মমাঙৈদা য়াউশংদা হবাওনৈ। হৌজিকসু হবাওনৈ। মওং খেনৈ। মহৌশাগী লৈবা চৎনবী কয়াবু মতমসিগা চানচুনদে হায়না স্পোর্টস লোমদা ওনশিল্লী নুমিৎ মঙানী চুপ্পা পাংথোকই। লৈশাবী মচাশিং ফুটবল শান্নহল্লী। মী য়াম্না তিল্লি। য়াউশংদা নুপী মচা লৈশাবীশিং ফুটবল শান্নবদা শাগন হুকথোকনব য়াওনবে জাতীয় লেভেল খেলোয়াড় ওইনবা শেম্বীবদি মানদে। অয়েংবা কাঙবুশিংগী নুঙায়নবা শিনবা ওইনা তৌই। মতাং মতাংদা হেনজিন্না খল্লুবা রাখল কয়ানা মহৌশাগী লিতাং চুন্না লৈজবিবা সংস্কৃতি চর্চাগী লম্বীদা হায়দোকতবা অথিংবা পীবগুম থোকই। চৎনবী অমবু থৌওইদনা ডাষ্টবিনদা লংথখিবসি খন্না নৈনবগী মতাং য়ৌরকলে।

মতমগী খোঙচৎ কয়াদা শোকলকলি মণিপুরী সমাজকী ফীভম। করিগুম্বা সমাজসিবু কলহৌদ্রবদি, বাংলাদেশকী মণিপুরীশিং নোংমদি ঢাকাগী মণিপুরী পাড়াগুম শোয়দনা ওইরক্কনী মতমগী অকনবা য়াওল অমদা।

# খুন হোংবদা কাইথরকপা ফিভম

মীতৈশিংগী পুন্সিদা হরাও নুঙায়বগী মমি তাবা, অবাৎ আপা নাইদবা, নোকমিতা তাবা মায়থোং উবা ফংলম্মী। লৈশাবী মচাশিং থাবলগী অহিংদা মখোল থানা ঈশৈ ঙংদুনা পুখ্রি মপান্দা কোন ফেংনরম্মী। থম্মোয়দা নুঙায়বগী ইনিন অমা মতম পুন্নমক্তা ফাওদুনা লৈবগুম উবা ফংই। মসি মতম অদুগী পুন্সি খুৎলেনসু য়ান্নমক চন্নরমই। মীওইবসি মচি মরৈ থাংনরমদে। নোক্তা নোক্লিংলবসু ফাক ফাক হেক নোকথোকপদা অপনবা লৈনরমদে। মীতৈগী খুঙ্গংশিংদা পুঙ ঈশৈগী নিন খোংবা তত্তনা তাবা ফংই। চাকচা হৈচানবা, কুম্মৈ ফিওং লেপনরমদে। লীলা পালা লেপনরমদে। কীর্তন ক্রিয়া কুংনরম্মী। মীতৈগী ওইবা হৌনসা কাইনরমদে। চৎনবী হৌনবী অমগী মখা পোন্না হিংজবা পুন্সিদুদা কনানসু কাবাম চাওবা মীৎয়েং থানরমদে। য়াম্না লেম্না মাক্কী মাক্কী শিনফম পাইনরম্মী। পুঙ ঈশৈ শকচা শোনজবা, লাইরিক থিবা হায়বনা চিংবা পুন্নমকপু অরাংবা থাক্তা থম্নরম্মী। সমাজগী মীওই খুদিংমক ধর্ম্মগী কল্লবা চুক্লী মখাদা থম্বা ঙম্নম্মী। সমাজগী ওইবা থৌদোক রাথোক খুদিংদা পুন্নমক্কী শরুক য়াবা তঙাই ফদবা শরুক অমা ওইনা শিংথানরম্মী। অমগী অরাবা তাবদা ময়াম চোংশিন্দুনা মতেং পাংবগী রাখল চেন্নরম্মী। শু-নোম্বসু কন্নরম্মী। তৌবগীদি লৌউ-শিংউবনা মপুং ফানরম্মী। লৌউ-শিংউবা নৎতনা অতৈ শিনসু থোইদোক্লা লৈনরমদে। মীতৈশিংগী পুন্সিদা লল্লোন-ইতিক হায়বা শরুক্কু মতম অদুদা শোংনা থেংনখিদবা তাংকক অমনি। মরম অদুনা পুন্সি খুৎলেনসু য়াম্না চমজবা মতম্নি।

কুম্মৈ ফিওংনা মপুং ওইবা পুন্সিসিগী মরক্তা প্রজাসত্ব আইনগী ট্যাক্স হেনগৎপনা চিংবা জমিদারগী মীওৎ মীনৈ হকথেংনবা হৌখিরম্মী। হায়রিবা তাঙ্গাসিদা মীতৈশিংগী পুন্সিদা নিংজিং-মাংজিনবা অমা ফাওরকপা হৌখি। অমাং অশেং ঙাক্লা মীতৈশিংনা মাবা তানা লৈবা ঙমগদ্রা হায়বনচিংবা ইজাতি লৈখা তাগদ্রা হায়বসি য়াম্না চিংনবা পোকপা হৌরকখি। মরু ওইনা মাংবা শেংবা, চঙবা য়াবা, য়াদবা, হৌনবা হৌনদবা, শক শোনবদা চুম্মী চুমদেনচিংবা নাকপক নাকপক লেপনবা হৌখি। চুম্মী হায়বা নাকন অমা, চুমদে হায়বা নাকন অমা, তজ্খায় তজ্খায় তান্নদুনা মাগুপ মন্দিব তোঙান্না লিংখৎপা হৌনৈ। অমগীদা চংবা চংদবা, বার্তন ককথোক ককশিন কুংনরকই। অদুবু কুম্মৈ ফিওংদি হেনগৎখি। কাংবু অমনা গুরু কীর্তন তৌরবদি কাংবু অমসু গুরু কীর্তন মাইকৈ অমদা তৌই। অদুতনসু পেন্দনা মাইক ওনশিন্না খোংনবসু থেংনৈ। থংনবা মান্ডপতা নিঙোন পালি তাবা নুমিৎতুদা অমরোমদসু খরা চাওনা নিঙোন পালি'মা শিনলাংঙি। মসিদা পেনবা পোকলম্মী। ওইজবা থিনরমদে ঙম্নবা তানবম্মী। খুনগী অহল ওইবশিং বিচার থিনরম্মী। করি কবিগুম্বদা ময়াংগী ফতুয়া জারী তৌবগুম থেংনদবা নত্তে। খঙ হৈবসি মাকতনী হায়বগুম মাকনা হায়বতনা অচুম্বা শকনরম্মী। শাগৈদা লৌশিন্নরকপা, ময়াং পাঙনদা জাত তানরকপা বিচার শাবা য়াদবা কোংগাই অমা নমশিন্না, ওমশিন্না থমজিল্লী। করিসু নত্তবা লোইশিনবদা পেনামুক লাইবশিংনা কুক ক্ষেত্রগী লানদগীসু হেন্না চাওথোহনদুনা মরান শিথবিবসু য়াওখি। অসিগুম্বা কয়ামরুমদগী মথবাই চাকতুনা য়েনাখা লোন্নবা লম ময়াংদা য়োনশিল্লগা য়ুম হোংনবসু য়াওদবা নত্তে।

য়ুম লোন্নবদা ময়াং চংলক্লবনিনা নুঙায়বা হায়বদুদি থোকত্রে। লৈকাই থাদোকনরে। খুন কাইনরে। য়ুম থাদোকপা হায়বসি পুংনুং নুঙায়বা নত্তে। খংনরম্বা চানরম্বা মরুপ মপিজা মরী মতাই লাপনবনি। য়ুম কাইদবা মীওইশিংনা য়ুম থাদোকপগী নুঙায়তবসি তন্না খংহনবদা য়াম্না বানা থোক্কনি। হৌদোকমিন্নরকপা নুংতিগী উদুনতা লাকখ্রবা পুন্নমক থাদোক্লন্নগা ইখং খংনদবা লম অমদা অমুক নৌনা চুশিনবা, হৈনহনবা হায়বসি মতম চংঙি।

য়ুম থাদোকপা নত্রগা অনৌবা মফম অমা হোংদোকপা হায়বসি করি করিগুম্বদা মশাগী নুঙায়বা থিবগীসু ওইবা য়াই। অদুগা খুন হোংনবদা মীতৈগী পুন্সিদা খুঙ্গং খুঙ্গং খুদিংদা হান্নগুম হরাও নুঙায়বা মপুং ফানা পাংথোকপদা অপনবা কয়ামুক থেংনবা হৌখি। শাইজিনগা শাইজিনগা কিরিক কিরিক ইন্ননা তারম্বা য়ুমশিং চাং তাথরকপনা শমজেৎ ময়া তাবগুমখ্রে, লুখ্রাবী ইমুংগী শমজেৎগুমখ্রে মীতৈগী খুঙ্গংশিং। শমজেৎ ময়া তেকপগুম লনথোকখিবা খুঙ্গংশিং নোংমা নোংমগী লনথোরকপা হেনগৎলকখি। ময়াংগা য়ুম লোন্ননা লৈবা হৈনদবা, চান চুনদবা মরম কয়ামরুমনা য়ুম থাদোকতুনা খুন হোংবী হায়বা সংস্কৃতি অমনা মতম অদু পুময়োৎ য়োৎশিনখিদুনা মণিপুরদা হোংজিনবা হৌনখি। হিন্দু বাঙালিশিংসু পশ্চিমবঙ্গ, আগরতলা, শিলচর, করিমগঞ্জরোমদা হোংজিনবা হৌখিরম্মী। মুসলমান হিন্দু য়ান্নবা সাম্প্রদায়িক দাঙ্গাগী তুজুংলবা তাংকক অমদা মীশিঙ লিকচবা ফুরুপ আয়াম্বা ভারতকী মফম আয়াম্বদা চেন্দুনা হিংনখিবা মতম অদুমক্তদা মীতৈসু মণিপুর তন্না ইংনা তপ্না পানগনী হায়বা শামখ্রবা আশা'মা পুদুনা খুন হোঙবা হৌখি বাংলাদেশ নীঙতম মমাঙ পাকিস্তানগী মতমদা।

মীতৈশিংগী পুন্সিদ' আয়াম্বনা য়াওগুম অমগী মতুং পরেং পরেং ইনবগী হৌনশা অমা ইথেংতা থেংনৈ। মাংগী য়াও মপীদুনা ফন চোংখৎপদা তুংগী য়াও পুনমকনা চোংদুনা চৎলি। অমনা পৈথোকনা চৎপদা অমসু পৈথোকই- চুমদ্রিং চৎলসু মথং মনাও অদুম চৎপগুম য়াওগী শাজৎ অসি ঙসিসু অদুমক লেংদনা লৈরী। মসিনা কবিগুম্বদা অফবা ফিদমদা শিজন্নবা তারদি য়াম্না চাওখৎলকপগী ইবাং অর্মদি হোৎত্রোং হোনা লৈরে হায়জনিংই। অফবা লম্বীদা য়াওগী তুংইনবসি কবি নুমিৎতা হৌবক্কবা ঙায়দুনা লৈবা তাই। বাংলাদেশ নিংতম মখাদগী খুন হোংবা সংস্কৃতি অসি চপ লেপ্পগুম লেপখিরম্মী। খুন হোংনিংলিবা অমসুং হোংনিংবদা চপ য়ুংবা বাখল পোকহনবদা মরু ওইবা পাম্বৈ ওইবিবশিং শমলপ্না অসুন্না ওইবা য়াই মদুদি- সাম্প্রদায়িক দাঙ্গাগী মতমদা হোংনখিবা তাঞ্জাসিদা মীতৈতসু নত্তনা হিন্দু বাঙালিশিংসু হোংনবনিনা অদুমক অচুম্বা ওইখি। মখা তারকপা বাংলাদেশ নীংতম মমাং ফাওবদা হোৎনরিবা আয়াম্বদি য়াও মতুং ইনবনি। করম তৌনা মখা তানা হিংগনী হায়বসিগী পাম্বৈ থিনখিদে। মীতৈ আয়াম্বনা বাংলা লোন ফাওনরমদে। মীতৈগী হৌনবী নত্তনা অতোপ্পা ময়াং পাঙনগী হৌনবী খংনিংলমদে। থোকপদা চৎপদা অপনবগী অপনবঙাক ওইরম্মী। মপানগী ওইবা থবক থনাদা য়াওশিনবা ঙমলমদে। ঙমদবগী মরম কয়ামরুমনি। থেংনরুরগা শোক্লকরগা মাংবতা নত্তনা লোন থোকতবগুম মীতোপ অমনা ঙাংলকপা পুন্নমক মেনতানা খঙজিনবা ঙম্বগী পাম্বৈ লৈনরমদে। মতমগী দাবী (তঙায়ফদবা মচাক) শিংগা শকখঙ মাইখঙনবা ঙর্মখিদে। নোংমা নোংমগী লুশিল্লকপা পুন্সি খুৎলেনগা চান-চুনবা ঙমনবা তানখিদে। চুন্নগী লৌউ শিংউবা ঙমনরকতবা অমসুং মপান থোকনা শুতান্দবা

করিগুম্বদা মপান থোক্লা শু-নোমলুরবসু লেমনদবা মরম কয়ানা নোংমা নোংমগী অবাবগী চাংসি হেনগৎলম্মী। বাগান নকনা, শহর নকনা তাবা মীতৈ খুঙ্গং খরদি শু নোমবদা খরা মখৈদি শাফখি। অদুসু ইন য়োনবা, চেংপাক শুবা, ফৌ-চেং য়োনবা নত্তনা অতৈ অতোপ্পা শিনদা শোংনা য়াওনরমদে। উ শুবা, সনা শুবা অদুসু মীতৈ মনুংদতা শুনরম্মী। শুফম তৌফম খংদবা শিন নাইদবনা মরম ওইদুনা মীতৈ নুপা আয়াম্বা নুপী শিনদা উংশিনবা থেংনৈ, ফৌ-চেং শুবা হায়বসিতবু নুপীশিংনা শুনরম্মী।

চেংপাক শুবা শিন হায়বসি নুপাশিংনা শুনরমবা থেংনদে অদুবু চেংপাকসি হাট বাজারদা য়োনবা য়াবা অমসুং শিৎপা হেনগৎপা মতাং অমা চানরুবদগী নুপাশিংসু চেংপাক শুবা হেকতা য়াউশনবা থেংনৈ। শাড়ী শাবা, য়োনবা, জামপার ফিদুপ শানবা মতমদসু য়ুমগী নুপাশিং পোথানখিদে। লং হনবনা চিংবা লংচাক চাকশিনবদা মপুম থিৎনৈ, ফৌ শুনৈ, য়ান্না শেন্দোং চাওথোকনৈ। অদুগুম্না মীতৈ শাড়ীসু অদুক্কী মতিক পামনৈ, মমল মথাসু নেৎনা হায়গৎনা লৌবা ঙমখি।

হায়রিবা শিনফমসিং তুং কোইনা শুবা ঙমখিদে। মরমদি ললোন ইতিককী ওইবা মবম অমা ইতা তাদে। ময়াম শুনরী হায়বগী পুঙসু শুনবা মমল মথা চাং নাইনা তিকপা ঙমদবনা মবম ওইদুনা মীতৈনা শাজে হায়বমখৈ হায়রবসু ময়াং ললোনবশিংনা মীতৈগী শাড়ী জামপার ফিদুপ পোৎথোক পুমনমক চীংমুক ৱাংনা পৈশিন্দুনা থমজিনখ্রে। অককনবা মমল অমদা মখোইনা শেনদোং তানখ্রে। মীতৈ কনানসু শিনফম অসি পাইবা ঙমখিদ্রে। শেনদোং ফৎত্রে হায়না থাদোকনবা হৌরকপগা মথং মথং থাদোকনবা হৌরকলে। মতমগা চানবা শিনফম অমা মচুতানা পাইবা ঙমদবা অসিনা মীতৈশিং নোংমা নোংমগী শেনথুম ৱাৎথরকখি। মীতৈশিংগী মনুংদা নোংমা মরনমথুম লৈজবা মীওই অদুমক নোংমা নোংমগী চাং ৱাৎথরকপা অদুদগী মণিপুরদা হোংদুনা শু নোমলুরবদি চাং হেনগৎলকপা য়াই, অমরোমদনা ৱানা নংনা লৈদগী শরুকপুদি মণিপুরদা হোংখিদুনা শু নোমজরবদি খর মখৈদি শাফবা য়াই হায়বগী ৱাখলদা খুন হোংনখিবগী মরমসু য়াওদবা নত্তে।

মণিপুরদা চৎখিবা মীওই খরনা আয়াম্বা মতমদা মণিপুবগী নুঙায়বা ৱারীনা হেমিলনগী বাঁশী মখোনদা তুং ইনখিবসু য়াওই। বাংলাদেশতা লৈরিঙৈদা নোংমতা ট্রেন উখিদবা, বাজার হাটতা নিংথি নুঙায়না কাখিদবা মীওই খরনা মণিপুর চৎলুরগা খঙবা মখংসি খুৎখংমনি (অহৈ অশিং য়াওদনা) মখোয়না লিরম্বা ৱারী মতেক খরা থেৎচিনগে 'মণিপুরগী নুপী মচাশিংগী তক তকবা মাইথোং, চেংলপ তাবা শাওং শাদা, মশম মনাদু ৱাই-ৱাই লাওবা- অথিবা অমত্তা য়াওদে। শেমদোক শাদোকনা লাকলবদি মাক্কী মাক্কী মওং অমা অদুম তাজে। স্কুটার, সাইকেল তোংনা সড়ক লমজাও থোরকপসি অঙকপগী মফমনি। য়েংনিঙাইনি। সাইলেন্সার অনি পাম্বা মোটর সাইকেল থৌনরকপসি মফজবমনি। ক্রুসলিগী ইংলিশ ফিল্মগী ৱারী, ইন্ডিয়াগী খ্বায়দগী হেন্না চাওবা টাটা গাড়ী হায়বসিনা চাওবসি খুৎচাওমনি' হায়না লিবা ৱারীসি তাবদা পঙনা ফকলাংগী চুমগুম্না টেক টেক হায়না তাখিরম্মী।

মোইথেমগুম্লবা ৱাহৈ পরেংশিনা নহারোল কয়ামসু শেন তানবা ওইনা চৎখিবা থেংনৈ।

মখোয়শিংদুনা অমুক মরি মতাং পুখৎখি। অসুন্না খুন হোংনখিবসু য়াওই। য়াম্না শম্না হায়রবদা সাম্প্রদায়িক দাঙ্গাগী মতমদা, মথংদা রারী রাতাই তাবদগী হোংনিংবা পোকখিদুনা পুংহোং হোঙনবা, অদুদগী ময়াং পাঙনগা তাইনবা ঙমদনা হোংনবসিনা মরু ওইগনী। অসিগা লোইননা মীতৈ মশেন য়ানদবা, ভাগ দল কন্নবা অসিসু মীতৈ খুনশিং কাইথনরকপগী মরমশিংগী মনুং চনব্রা হায়না খন্নদবদি নত্তে।

খুন হোংনবা অসিনা বাংলাদশকী মীতৈগী খুনাইদ খ্বাইদগী হেন্না শোৎথহল্লিবদি সংস্কৃতিগী লমদা ঈশৈ নোংমাইনী। শিবা নাবা, শ্রাদ্ধ কর্ম্মদা শকনবা শোন্নবা লৈনরকত্রে। তৎনা থানবা য়াদ্রবা, শিবদা লানবদা চংবা পুঙ ঈশৈ য়োকখৎতনদি মীতৈগী পুন্সিদা লীতাং চুমদবা অমা থেংনবা য়ানা লৈরে। মরম অদুনা মীশিং লিকনা লৈবা তারসু সংস্কৃতিগী ইংখোল নৌনা কোইবগী মতাং লাকলে।

ময়াং তাইনবদা মতিক চারবা, হুৎ ফেৎ লৈথোকপা হৈরবা মতমসিদসু বাংলাদেশ মনুংদস খুন হোংজিন্নবা থেংনবা য়াওরে। মসিদা ওইরিবা মওংসিনমুক হেন্না লুখ্রবা মাং তুং লাংগুমনি। হৌজিক্তা খাশপুর (খাজিপুর) চহি খরসি মনুংদা মীতৈ লৈবা ঙম্বগী ফিভম লৈত্রে। লৈনরিবা খরসিসু অতৈ অতৈ মীতৈ পুঙবা খুনশিংদা হোংজিনবগী শেমশাবা লোইনরবাঙাকনি। খাশপুরদা হন্দকতা থোকখিবা থৌদোক অমনা খুনজাদুদা লৈরিবা নিঙোন পোকপা মপা মমাশিং থোইনা হেন্না লাংতকনহল্লী। নিঙোন মচাশিং চাওশন্নরকপবু ঙাক শেনগদ্রা, লৌরি শিংজাবু ঙাকশেনগদ্রা খনথবদা মেন তাদবা ওইনা চমমনবা অমদা তাওদুনা লৈনরী। মীতৈগী ওইবা সংস্থানশিংনসু য়েংশিনবা ঙমদবা মতাং থোকখি। অসিগুম্বা মরম কয়ানা খুন হোংনবসি উবগা বাংলাদেশতা মীতৈশিং তং তানা লৈবা ঙমগদ্রা হায়বসি হৌজিকসু লক্লিদা লৈবা তৌনা তাংদাংবা অমা হায়বদা লুনা থোকই।

চেন্না লোৎনা, খুন হোংনা তং তাদবা পুন্সি খুৎলেনদগী মুক্তিগী লম্বী থিফম তঙায়ফদ্রবা মতমনি। অরা লানদগী কাইনা ইতিহাসকী তমথিরবা ক্ষেনফম অমদগী মণিপুর থাদোকতুনা ইশিং তুরেন চোন্না-ফৌনা নোপনা, লৈহাও চেনবা বাংলাগী লৈবাকতা মীতৈনা খুন্দাখি। খুন্দাখিবা মখাদগী হৌবকফম লমদমগী কনানসু খোংগুল লিনিংখিদ্রবা আরাগী চৈনা অদুমক লাংদুনা অমুক নৌহৌননা ইতিহাসকী খোংগাও ওইদুনা মণিপুরদা হনজিনবগী মহুৎতা বাংলাদেশকী ইশিং নুংশিৎতা তিনশিন্দুনা লৈবাক অসিদা ফংফম থোকপা হক (অধিকার) তান্নবা হোৎবনা চুমগদ্রা খন্ননিঙায়নি। লৈবাকসিগী ওইবা রাজনীতিগী খোঙচৎতা খোঙবু ওইনা চৎমিন্নবা তমশিনবা তারবনি। মীতৈগী ওইবা সংস্থান কয়ানা (মীতৈনা তাবা লম) মতাং অসি য়েংশিনবিবা অমা য়াওদনদি মপুং ফাবা হায়বদু ওইদবা য়াই।

# চহি কুমমঙাগী খোঙচত্তা বাংলাদেশতা মণিপুরী ৱারী মচা

ৱারী হৈতবা মী লৈতে। ফজনা লীবা হৈবা মীনা লিরদি চাননা তানিংবমসু হেল্লি। মীওইবগী পুন্সিসিদা থোকইবা থৌদোক ৱাথোক পুনমক ৱারী মপুংমনি। লিতাং চুম্না, থৌদোক অমগা অমগা মরি মখোং চুননা লিবা ৱারীদা হেনজনবা, থেৎচিনবা মশাগী ৱাখল ফোংদোকপগা লৌইননা শুমহৎপা ঙম্না ৱারী লিবা হৈবা মীওই কয়াদগী ৱারী তাদুনা লাকনখিবা মীওইবনি। ৱারী অমবু শাগৎপা তারদি অককনবা মতাং অমগী মওং মতিক চাওরাকনা লাকপা অমা চংই। ময়ুং মফেন নাইদবা ঙাংবগা নোকপগা, লাওবগা, খোংবগা, চরক চহিং নাইবা লোন খোন্না থনবা পঙঙাং ঙাংববু ৱারীনি হায়না শিংথানদে। ৱারী লিবা তাবা হায়বসি মখল অমা ওইজবা তারসু ইথোকপা নমথোকপা অমা য়াওদবা তারগদি ৱারীগি থাক মখল অমদা চনশিনবা তাই।

ৱারী হায়বসি মপুং ফাবা পুন্সিগী মনুং চল্লি। পুন্সিগা ৱারীগা শাগোন্নে। ৱারী হায়বসি মখল মথেন নাই। চুম্নতগী ৱারী হায়রগনা শাংখ্রবা লিতাং অমগী মনুং চনশিল্লী। ৱারী লিতাং অদুগী হেনফদ্রবা শরুক অমবু নিংথিরবা মচুনা শংজিন্দুনা শাগৎলিবা ৱারী অদুগী কয়াৎ খুদিংমক লৈচং লৈনা হৈশিংনা ৱারী মপুং অমা শাগৎপবু ৱারী মচা হায়না খংনবা হৌনরকই। ৱারী মচাগী মরু ওইবা মিহুনদি - মচাকতি লিকচবা তৌইগুমসুং মরল মথুমদি চংখোনজবা অমা চংই। ৱারী তানা তানা নাপদা ঙংদুনা লৈহৌবগুম পেনদবা অমনা লাংতকনবা ফাওহনবা ঙম্মা চংই। তাখিবা, ৱারী অদুনা পুন্সিগী মনুং হনজিন্না থুপ্না লৈখ্রবা লংলা লংজিন কাঙথোকতুনা মঙালগী পুন্সিদা কাফে কাফে মাংদা চৎলবা অদুতনা ৱারী মচাগী মহৈ য়াল্লী।

মীওইবা হায়বসি মীপুং খুদিংবুনি। মী অমগা মী অমগা, লোন অমগা লোন অমগা ফাওনদে। মীওইবা ফুরুপ খুদিংগী তোঙানবা সাহিত্যগী থাকতদি মতিক চাবা সাহিত্য পুন্নমক ওইনদে। মণিপুরী জাতি পাক চাওরবা সাহিত্যগী চংখোল্লবা লনগৈ অমগী মপু ওইবিবা জাতিনি।

চাওথোকচনিঙাই ওইরবা চংখোল্লবা লনগৈ অসিবু বাংলাদেশতা লৈজবিবা মশিং য়ামজদ্রবা মণিপুরী লোন ঙাংবা কাংলুপশিংগী মফমদা ললোন ইতিক পোৎয়োম থাখি ঙসিদগী চহি কুনমঙা মমাংদা ইমালনবু নুংশিজবা কাংবু খবনা বাংলাদেশতা মণিপুরী লোন ললোনবা অসিমা য়াওরমদবা তারদি বাংলাদেশতা মণিপুবী লোনগী সাহিত্য নৈনবা হাযবা শরুক অসিমসু য়াওনিংঙাই লৈফম থোকতে। অদুবু বাংলাদেশ মণিপুরী সাহিত্য সংসদনা মণিপুরী লোনবু ঙাক্কনি, শেনগনী হায়বগী অচেৎপা ৱাশক্কা লোইননা ১৯৭৫ইংদা পুজারী সাহিত্য সংসদ লিঙ্খখৎখি। সংসদ অসিগী খোঙচৎতা চহি কুনমঙা মপুঙ ফারে। চহি কুনমঙা সংস্থা অমগী খোংচৎতা সমাজ অমসুং ইজাতিগী তঙায়ফদ্রবা তৌফম থোকপা থবর্কশিংদা মরু ওইবা থৌদাং কয়া লৌখিবশিং নৈনবগী মতম য়ৌরকলে। চহি কুনমঙাসিদা ফোঙখিবা চেফোংনা চিংবা হিরম পুনমক য়েংশিনবগী তঙায়ফদ্রবা মতম য়ৌরকলে। মতম মতমদা ফোঙখিবা চেফোঙতা নৎতনসু অতৈ অতৈ সংস্থা কয়ানা লাইরিক লাইশু কয়া ফোংনবা য়াওরকলে। ফোঙখিবা লাইরিক লাইশু পুনমকনা মশিং থিবা

তারবদি চাওরাকনা ৫০/৫৫ ওইরম্বা য়াই। অসিগী মনুংদা রারী মচা য়াম্না শোংনা থেংনদে। দীপান্বিতাগী অহানবা চেফোংদা থেংনখিবা অইবশিং কে, সুবোধ চন্দ্র, এইচ, ফাল্গুনী গী মীং পনবা য়াই। অইবা অনিসিগী রারী মচাশিং শিংথানিংঙি। কে, সুবোধ চন্দ্র সিংগী কাইন মৈচাক কৌবা রারী মচাদুদা ঐখোয়বু রারী লিতাং অমদা মা মাদুনা পম্থুংফম অমা নাইবা ঙমহনখি। রারীসি শন্নপ্পা লিবদি অসুম্না লিবা য়াই। শান্ত নহা অমনি। বীনা মশুং মমানবনি। খংনা চানৈ। খংনা চানবগী চাং নোংম নোংমগী হেনখিরম্মী। উরিবামক্তদা হেন্না উনিংলম্মী। শান্ত পরীক্ষাদা মাই পাকপা ঙমখিরমদে। মপানা তাথি তাওইন তৌবদগী ময়ুম থাদোকখি। আর্মিদা থবক চঙখি। বীনা মচা নিপা অমা ফংখি। শান্ত-না মচা নত্তে হায়রম্মী। শশী মপুং ফাবকলে। বীনা লাই খুয়া তানখ্রে। শান্ত বাংলাদেশ স্বাধীনতা লান হৌগৎলকপা মতমদা কারারখোলা ক্যাম্পটা পোস্টিং ওইরকখি। নোংমা ক্যাম্প ময়াদা মপা মচা ফংনখি। চাওরাক্না রারী মচাগী মতিক মগুণ হাপচিনবদা রারীসিদা শাগৎলম্বা প্লট পুনমক ইরেন্না মুথৰ্লি। বীনা নোংগাহল্লী। ষ্ট্রাগল থেংনহনদে। শশী শান্তগী মচা নত্তে হায়না হায়রবা তুংদা রিয়েকশন উবা ফংদে। মপা মচা ক্যাম্পতা ফংনবদা আর্মি অমগী ইন্টারোগেট মওংদা চৈফু ফৎতবা অদুনা শশী অরোইবা য়াহিপ তানখি। য়াম্না ট্রাজেদি পুশন্নবা হোৎনৈ। রারী মচা অমগী মচাক পুন্নমক হাপলবসু করিনো অমা চিৎথবা তৌনা তৌহল্লী। কে, সুবোধ চন্দ্র সিংহ রারী মচা ইবদা খুৎ লোয়বা অইবা অমনি। অদুবু লাইবক থিবদি চহি কুনমঙাসিদা রারী মচা অতৈ ইবকখিদে। অমুক য়েংসি - দীপান্বিতাগী অহানবা চেফোংগী এইচ, ফাল্গুনী সিংহগী 'নিঙমহৌদবা' রারী মচাগী রাধে নুপী মচামনি। চহি মাপলতা শুরী। লাইরিক লাইশু মশানা য়েংনিংদবা মতাংনি। বিনোদ ওজানি। রাধেবু ভাগ অংক তাকই। ভাবশু তাই। অংকগী রাদি ঙাংদদুনা গাড়ী তোংনিংঙি হায়না ওজাদা হায়খি। অঙাং ওইবগী হৌনবী শানবদা উংখিদুনা য়ুমদা হনজিল্লক্কদি খংদনা ইবেন্না শানদুনা লৈথোকখি। মমানা থিবী। শাওনিংদুনা খুবাকনা থাজিনখি। নুমিৎ অদু লাইরিক পাবদা মবুক্লিং চংখিদে। মথংগী নুমিৎতদি ওজাদু চৈ অমা পাই। অকিবা, পোকতনা রাধেনা ওজা লুহোংলব্রা হংলকই। শাওনিংনা ফুখিবম্মী। য়াম্না নাখি। নোঙ ঙাল্লগা বিনোদনা লাকপদদি রাধেবু মমানা ইশিং থাদুনা লৈরম্মী। চোইরোন ঙাংলম্মী। ওজা ঐ অংক তৌদ্রি, ঐ গাড়ী তোংনিঙি। বিনোদনা ডাক্তার কৌরুই। ডাক্তারনা লায়েংখি। মথংগী নুমিৎতা চৎলুবদা মাইবনা মিহুন পাইদুনা মতম ঙাইদুনা লৈরমই। রাধেনা অরোইবা ওইনা হায়রম্মী ইমা - ইমা - ঐবু পাইরো লাও। ঐ অংক তৌদ্রি। ঐ গাড়ী তোংগে। তাবদা বিনোদ ঙকখি। ওজাদা মমিৎ অনি লাওনা পাংথোতুনা চিংনা য়েংলম্মী। বিনোদ নিঙমহৌদবা মৈচাক ফাওরকখি। খন্ননিঙাই হায়নিঙাই খংখিরমদে। নুংগুম লেপনা করিনো খনখি। কপ্পা লাওবা, পুঙ মাংগঙ্গী মখোন্না জ্ঞান তারকখি। য়েংথোকলকপদা ফিঙৌ কুপনা লৈরম্মী। রাধেগী থরাই য়াউদ্রবা হকচাংদু। এইচ, ফালগুনী সিংহগী 'কাইন মৈচাক' রারী মচাসি তাবা লোইরসু তানিংবা, পেনদবা অমনা লাংতকহল্লী। রারী মচা অমা ওইবগী হৌনবী মচাক অদুক্কী মতিক হৈশিংনা শিজন্নে। মহৈ য়ানবা রারী মচানি। এইচ, ফালগুনী সিংহ চহি কুনমঙাসিদা অমুক ইরকখিদ্রে। য়াম্না ফজনা ইবা অপাবদা রাধেগী রাখলদা খলহনবা ঙমখিবা রারী মচানি। এল, পদ্মামনি দেবীগী থাম্বালসানা থম্মোয়দা চুশিনহনবা ঙমখি। থাম্বালসানা গী মমা ওকতবীনা নমথাক্কী লুহোংবিবা অদুগা মচা নুপীবু কৈথেনপোৎকুম লৌ হাল অমগা লুপা লিশিং নিফুদা

ময়াং নুপা'মদা য়োনথোকপি। লাইশ্রম মচা চাউরেন অনেকপা বর ওইরম্মী। থাম্বালসানাগা চাউরেনগা ঢাকা দা উনহল্লী। থাম্বালসানা চিংনবা পোকচরসু হাইদোকপদি ঙমখিদে। ঢাকা দা থাম্বালনাবু য়োকপিবা মমা মপা ওইরিবা অদুনা থাজ য়োনজবগী হোৎনবী। চাউরেনগা থুংনহল্লী। 'ইমা' গী বারীনা অমুক খরা তোপ্পী ব্রজেন্দ্র ওকালতি তৌই। মীহাৎপা ব্রজমোহনগী ফাঁসি অর্ডার থোকখি। মহাক্না হোৎনদুনা ফাঁসিগী অর্ডার লৌথবা ঙমখি। ব্রজমোহন মাক্কী মপা ওইরম্মী। মমা নিংজবা ব্রজেন্দ্র মমা উনখিদে। মপানা মমাবু মিরাইখিবদু খল্লুবদা মপানি হায়বা মীহাৎপা অদু থৌইনা হেন্না খাখিরম্মী। এল, পদ্মামণি দেবী খুৎ লোয়না ৱারী মচা ইবশিংগী মমুংদা অমনি। লেপতনা ঙসিসু ইরি।

লেপতনা ইরদি য়েনশমম ইন্দ্রমনিদগী ফজা ফজবা অতৈসু ৱারী মচা আশা থম্বা য়ারম্বনি। আত্মা অনিগী শান্তি য়েনশমম ইন্দ্রমনি-না ইবনি। ইবগী ষ্টাইল চংখোল্লী তৌইগুমসুং হৌজিক ইখিদ্রে। এ, কে, শেরাম না ইবা 'কুরাক অমগী ৱারী' কৌবা ৱারী মচাসিদা অনৌবা আইডিয়া পুশিল্লগা ইবা মওংনি। কুরাক সি এলিয়ান গুম্বীনী। গ্রহ অমদগী লাকপা নিঙোলনি। মাকসু তাইবংগুম্না রাখল চেলহল্লী। অদুবু মহাকতি কুরাক অদুম ওইনা শিখি। ৱারী মচাসিদা কুরাকসিনা নিঙোল মচামক ওল্লমলবদি এলিয়ান্নী হায়বসি তরং তরং খংলমগনি। অসিগুম্বা অরাংবা থাক্কী ৱারী মচানি। এ, কে, শেরামনা ইবা 'মিতু' হায়বা ৱারী মচাসিদি হেক পাবগা অপাবশিংগী পুকনিং থুক লাউহল্লি। য়াম্না পুক্লিং কনবা অপাবশিংসু ৱারী মচাসি পাবদা মীৎলুদগী পিরাং চদুম অমনিদং ওইরবসু শিন্থবা শোয়দ্রবনি। ৱারী মচাসি থৌদোক অমগী মমিদগী লৌখৎপনি। শেরামগী খুৎইগী ষ্টাইলনা চিংবা টেকনিক পুন্নমক শিংথাবা য়াই। মাক্কী খুৎইদি ইতোপ তোপ্পনি। শম্না হায়রবদা অরাংবা থাক্কীনি। 'মিতু'গী ৱারীসি য়াম্না শমই। মিতু স্কুলগী বাথরুমদা লৈরিঙেদা থোঙ থিংথিরম্মী। ময়াম স্কুল থানা মযুম মযুমদা হনখি। থা অমা ছুটিনি। ছুটি মখাদা স্কুল হাংঙে। মিতু স্কুলগী বাথরুমদা তাদুনা লৈরম্মী থরাই য়াউদনা। অসিগী মনুংদা ওইরমগদবা মিতুগী ৱাজবা, মমাগী তেংথারোল। স্কুল চৎপা অঙাংশিংগী পরেং উরগা মিতু য়াওরক্কদ্রা হায়না লেপতুনা মমানা য়েংজবা পুনমক অসি অইবনা অন্থোকনা মতাং চানা চানা লোন খোন ৱাহৈ ৱাতানা চিংবা শিজন্নে। রতন মাইব-না ইবা 'সুরমা থোংগী মঙাল' কাব্রাবম ধীরেন্দ্র সিংহগী 'ঐগী ইরান্নি', সালাম গুনধ্বজ সিংহগী 'খুদক্কী থৌদোক' এম মহেনগী 'শান্তি', টি এইচ. কৈনাহন গী 'প্রসেনগী পুন্সি', অহৈবম রনজিৎ কুমার সিংগী 'ঙায়নবা' য়াকাইবা চেফোংদা য়াউবা কে, এসএইচ নির্মলগী 'রমেশ'অমসুং মণিপুরী দর্পণদা ফোংখিবা কে, আমুসানা গী 'ঐগী ইনাওসে' অদুগা শজিবু চেফোংদা ৱারী মচাগী অখন্নবা ইস্যু অমদা বীমাবতী থিয়াম-গী 'তাংকক নাইবা পুন্সি', এ, কে শেরামগী 'ইমা', সনাতম্বী গী 'নুংশিরৈ', এল, পদ্মামণি দেবী-গী 'পলেম কাইনবগী মৈচাক', এম, লুসিগী 'মীমান্নরকখিগদরা', টি, এইচ, কৈনাহন দেবী-গী 'নিংঙমদ্রবা ফংনবা', শেরাম, নিরঞ্জন 'রিলকে'গী ঈশ্বর অমসুং ফোঙমদ্রবা বারী' কয়া, এন, যোগেশ্বর অপুগী 'ইঙ্খোল' অমসুং এল, বাবলী দেবী-গী 'কনাগী মরালনো' হায়বা ৱারী মচাশিংশী সু চংখল্লী দীপান্বিতা/মৈরাগী অইবশিংগী মনুংদা সালাম, গুণধ্বজগী খুৎইদা ইতোপ তোপ্পা ইনোৎ অমা হাপলম্মী কনাসু মাক্কী মওংদা শোংনা ইনবা য়াউদ্রি।

করেম কথাই নোক্রেম হাইক্রেম লৈতোন শরু পানদবা তৌনা পংহাইতা হাইশিনবা ঙম্মী। ফমতা ফমথরকপদা মৌ নহাগী তমপাক্তা ফমজিলহল্লী। অইবা পুন্নমক্কী অমমম তৌনা নৈনফম থোকই মরমদি চহি কুমমঙাসিদা য়ারিমখৈ অইবা পুনমক্কী মমিং মথানা চিংবা কুপ্না নৈনবগী তাংফমনি। চিৎথহন্নীংদে। অদুবু ওইথোকপদি ওইদ্রে।

টি, এইচ, কৈনাহন গী ৱারীদা থেংনহল্লী - অপাম নুংশি লৈত লাইরগী চিত্র। ঙসিফাও থৌনা ফনা কলম থাদোকতনা ইরিবী অইবিনী। ই. রবিন-গী খুৎইদা বাংলাদেশকী লান, ইতিহাসকী মচাক হাপচিল্লগা মরৈবাক নুংশিবগী, অমসুং শা ষণগুম্লবা পাঞ্জাবীনা ওৎ নৈরম্বা পুনমক চনশিল্লী। ৱারী মচাদা বাংলাদেশকী লানবু পুশিলকপসি য়াম্না শোংনা থেংনদে। ফজবা আইডিয়া অমসুং ৱারী মচাগী লম্বীদা বাংলাদেশ নিংতম লানগী ইনোৎ পুশিল্লকপনি। এস, লুসি অমসুং বীমাবতী থিয়ামগী ৱারী মচাদা থেংনহল্লী মণিপুরগী পুন্সি। চৎনরোল হৌনবী মমি তাবা ফংই। বাংলাদেশকী ৱারী মচাগী খোংচৎতা মণিপুর বাংলাদেশ তুননা য়েংবগী খুদোং চাবা হেলহল্লী। ৱারী মচা অনিমক ফজহল্লী। পুন্সি হায়বসি হক থেংনহল্লী।

শেরাম, নিরঞ্জনগী ৱারী মচাদি খরা মওংমনি। অনৌ অনৌবা ৱাখললোন, পুশিনবা ৱাহৈনা হাপচিনবা ময়াম অসিনা অঙকপা ফংনা ফজহন্দবা নত্তে। করি করিগুম্বদসু খরা কা হেনবা তৌনসু তৌই। ঈশ্বরসি ঙহাক্কী শিন্নীংবি অদু য়াম্না নুঙাই। শিল্লীঙৈ অপাবা ঐখোয়দা নুঙায়হল্লী। চাননা ইচে সুমিবুসু ঈশ্বরনি খল্লোকপা হৈনহল্লী। মণিপুরী ৱারী মচাদা তোইনা থেংনগন্দবা ৱারী মচানি। অদুগুম্না এন. যোগেশ্বর অপুসু মওং মওংগী আইডিয়া, টেকনিক পুশিনবা ঙম্মী। ৱাহৈদা ৱাতাদা চংখোলহল্লী। অৱাংবা থাক অমদা পুশিন্নবা হোৎনজে। এল. বাবলী দেবীগী ৱারী মচাদা ফোং ফোং শারবা বাংলাদেশকী ছাত্র রাজনীতি, সন্ত্রাস-না মরু ওইবা মচাক ওইহল্লগা ৱারী মচা ইবগী লম্পাক্তা বাবলী গী মিং হায়নদ্রবসু ইবগী ষ্টাইল উরগা ইরাই লাই না হাইবা ঙমনরক্কনি। নিংথিরবা মচু কয়া হার্পচিন্দুনা নাপ চিক্লা নুংশি ৱারী ফোংদোকহল্লী। য়াম্না খুৎলোইনা ইবা ৱাবী মচানি। মাক্কী 'কনাগী মরালনো' হায়বসি।

কে. অমুসানাগী 'ঐগী ইনাওসে' হায়বা ৱারী মচাদুদা থেংনহল্লী। মীতৈগী অশেংবা ইতিহাস থিনিংবা পোকহল্লী। বিষ্ণুপুবিয়া মচাশিংনা হোৎনরিবা অদুগী মায়োকতা পুশিন্নবা হোৎনহল্লী। ৱারী মচাদু অসুম্না ইরম্মী - মনাও নুপাদু মমিংগীদি অশোক কুমার কৌজবা নুংশিজদুনা 'পুতুল' কৌই। লাইরিক পাবা খরা তনগল্লী। নোংমদি লাইরিক পানা পানা মতৈমনা পেবেৎগী, পান থাবা হনু হনুবী ৱারী লিবি। নোংমদি পুতুলনা হায়রকই ইতৈমা ঙসিদি ঢাকা সিলেটতগী লৈরকপা অচৌবা লাইরিকতগী লিবিউ। অদুগা কাকা নবকুমার না হায়রিবা তিলোত্তমা কৌবা ম্যাগাজিন অমদা লেমনায় মচা উত্তমনা মীতৈশিং পাহাড়িনি অদুগা লেমনায়না মীতৈ অশেংবনী হায়না চনশিল্লী। মতৈমনা খুমখি - ইতিহাস খংদনা পুংইতা ইশলকপনি। পিগ্রাইনা সনা ওইবা য়াবরা হায়বনা চিংবা যুক্তি কয়ামা হায়খি। পুতুল মথরাই নুঙাইতে, ইতিহাস পানিংবা, মীতৈসি মুন্না খংনিংলকপা অমা পোকখি। য়াম্না চম্না ইজরবসু ৱারী মচা ওইনা মতিক মগুণ চংখোল্লী। সনাতম্বীনা ইবা 'নুংশিরৈ' সু মীতৈগী হৌনা লিচৎ, ফিজেৎ চাকচা ঙাকপগী চাওরবা থৌদাং ময়েক লানা মাক্কী ৱারী মচাদা শংবা ঙম্মী। চহি কুনমঙাসিদা ফোঙখিবা ৱারী মচাশিং

নৈনরুবদা পেনদবা হায়ববু ৱারী মচাগী ফিরাল পুদুনা চৈকোকতা লেপলম্বা অইবশিং ইবা থাদোকনখ্রে। কে, সুবোধ চন্দ্র সিংহ, এইচ, ফাল্গুনী সিংহ, সালাম, গুণধ্বজ ইবা থেংনদ্রে। কে, সুবোধ চন্দ্র সিংহ মরক মরকতা ইবদি থেংনৈ তৌহগুম্বসুং ৱারী মচাদি ইরকত্রে। কনাসু ঙসিফাউ ৱারী মচাগী লাইরিক ওইনা পুথোকনদ্রি। শজিবু চেফোংদা ৱারী মচাগী অখন্নবা ইস্যু ওইনা পুথোকপদি থেংনরে। ৱারী মচাগী লম্পাক্তা মসিনা অহানবা নুংখিন্নী। অঙাংশিংগী চেফোং শেরাম, শানারৈ-না সম্পাদনা তৌবা 'য়েন্নীং' ফোঙখ্রে। ইন্টিগ্রেটেড মণিপুরী এসোসিয়েশন বাংলাদেশনা শিনলাংবা জাতীয় সম্মেলন অমসুং সেমিনার নুমিৎতা পুথোকপা এল, শ্যামল না সম্পাদনা তৌবা স্মারক সংকলনদা খোইরোম ইন্দ্রজিৎকী হনু হনুবীগি ৱারী অমসু থেংনহল্লী। পারগা নোকনিংবা পোকহনবা ঙম্মী। নোক্লা নোক্লা নুঙায়বা ফাওহল্লী।

বাংলাদেশতা ফোংনরিবা ৱারী মচাশিং থাক ৱাংদবদি নত্তে। মীতৈ লোনগী লাইরিক লাইশু পানদবা লমসিদা ইথোকনরকলিবা মওং অসিনা থোইনা হেন্না মহেল্লী। মশিং লিক্চবগী ৱাদি লিকচসনু। মচংঙাকনি, খৈদোকনিঙাই লৈতে। মহৌশা ইনরম্বা ৱারী মচা-দা থেংনহনবা রোমান্টিকনা চিংবা সমাজকী ৱারী মচাসু মকা ফনবা ঙমদ্রবসু য়াওবদি য়াওনরকলে। শামু ময়া থিনদোকপগুম নোংমা নোংমগী ময়া শাংদোকলকলী। ইনরিবা খরসিতনা লেপতনা ইনরদি অপুনবা মণিপুরী সাহিত্য গী ঝুলি নোংমা চোনথরক্কনি।

# বাংলাদেশতা মণিপুরী সাহিত্য চর্চা ঐখোয়না চৎকদবা থৌদাং

তাইবং পানবা মীওই খুদিংমক মশাগী ওইবা তোঙানবা লোন অমগী মপু ওইনৈ। মসিদা কনাগীসু বায়েক চংনদে। অদুবু মপুং ফাবা সাহিত্য অমগী মপু ওইবা জাতি ওইবা তারগদি সাহিত্যগী থাকসি কদাইদনো হায়বসি অহৈ অশিংশিংনা য়াম্না কুপ্না নৈনগল্লী। মদুগীসু পংখৈমদি লৈজে। শম্না হায়বদা মীতৈ লোনগী চহিচাশিংসি অহৈ অশিংগী খুথেকতা চহি লিশিং অহুমগী মনাক্তা লৈরে। মলেমসিদা লোন লিশিং কয়ামুক লৈখ্রে। তৌইগুম্বসুং লোন খুদিংমক সাহিত্য ওইথোকউ হায়বসি য়াগনদে। মরমদি ঙাংনবা য়াবা লোনঙাক সাহিত্য ওইগনদে। ঐখোয়না থিজিনবদা ফংনবা মচাকশিংগী মনুংদা চাংদম্মগা শিংথাবা য়াবা মতাং হায়ববু মচাক মরল মরাং কায়জরবা বাংলা সাহিত্যগী আদিরূপ 'চর্য্যাপদ' তরাশুবা শতাব্দীদা লেংবনী। কনাগুম্বগী মোতনা তরানিথোই শুবদনী হায়নরী। অসিমকনা চুমহনবা তারবদি মণিপুরী সাহিত্য তরেৎ শুবা শতাব্দীদা থেংনবা হৌরে। 'ঔগ্রী হংগেল' কৌবা গীতি কবিতা লাইরিকতগী হৌরদি থোইনা হেন্না লিরবা মচিঙাক ঙাইরবা উগুমনি হায়বা য়াই। হায়রিবা বাফমসিং অসি থাইনা থাইনা প্রাচীন যুগ হায়বা মতম্মগী তাংককনি। মথংগী তাংককতা ঐখোয়না থেংনহল্লী আর্য্য সংস্কৃতিগী কল্লবা ঈহৌ। থেংনহল্লী কুরুক্ষেত্রগী লানজাওদা শ্রীকৃষ্ণগী অমৃতবাণী। থেংনহল্লী লাইফা তিনফা, শেনমিৎ হুনবগী মহুৎতা মন্ত্রোচ্চারণ, স্ত্রোত্র। মণিপুরী কাব্য সাহিত্যদা সংস্কৃত অমসুং বাংলা শব্দগী গরং গরং ওনশিনলকপদা অঙকপা খোন্থোক অমা হোংলকখিবা থেংনহল্লী। ঐখোয়গী রাখললোন্দা অঙকপা ফংনা অওনবা কয়া পুশিল্লকখিবনা শাথিনা ফজরবা সাহিত্যগী মচু কয়ানা শংজিনবিখি। প্রাচীন যুগ অমসুং মধ্য যুগকী শম্নপনা তাকপা ঙমনবা হোৎনরিবা অশিনা অপাবশিংগী মফমদা য়াম্মা শম্না বাহৈ খরতনা যুগ অনিগী রাফম শেংদোকপা ওইথোকপদি ওইরোই। শাংখ্রবা লিতাং অমবু চুমদ্রিং হায়বা রাহৈ খরনা পেলহনবা হায়বসি য়াম্না লুখ্রবা রানি। মতাংসিদা য়াম্নমুক শুগাইনা থিজিল্লুদ্রবসু খরমখৈ খংলিবা, উরিবা- তারকলিবা অসিনসু ঐখোয়দদি জ্ঞান তাহল্লী। খুদম ওইনা পনবা য়াবা রাহৈ পরেং খরনসু জ্ঞান তামিন্নবা য়াই, মদুদি খুনুং ঈশৈ, খুলং ঈশৈ, পেনা, খোংজোম, নাউথেম ঈশৈ অমশুং নাউশুম ঈশৈ। মথংদা হিন্দু বৈষ্ণব প্রভাব বলয়দা চঙলকপদগী অসুম্না থেংনহল্লী- রাম রাম রি রি ক্লীং স্বাহা ... হি তগুপ তরেংবা ইবুঙো অসুম্না চৎথরকপা পথাপ কয়ানা মণিপুরী সাহিত্য সংস্কৃতিগা চারৌমাবৌবা হৌরকখি। অদুম ওইনমক মীতৈগী ওইবা তোপ তোপ্পা খ্বাইদগী তোপ্না তাবা হায়বদুদি অদুম ঙাকপা ঙমলম্মোই। লনাইগীনি হায়বা মশক খঙবা অমনা লমজিংবিরম্মী। লমহুকনবা হায়বমকশু সাহিত্যগী মতাংদা পন্নিংদে অমসুং হায়নিংদে। মণিপুরী সাহিত্য হায়বসি পাক চাওখ্রবা রাফমনি। রাহৈ খরনা লোইশিনবা য়াবা মতাং নত্তে। মচাকশিং রাৎপদা লিরবা মচিঙাক ঙাইরবা উজাওগুম্নবা মণিপুরী সাহিত্যগী ঐতিহ্য অমসুং থাক রাংলবা লোন সংস্কৃতিগী মপু অমা ওইজরিবা বাংলাদেশকী মণিপুরীশিং লৈবাকসিগী ইশিং নুংশিৎতা চুশিন্দুনা মতম অসুক কুইনা খুন্দাদুনা চহিচা চহুম মনাক নকলফাওদা মণিপুরী সাহিত্য চর্চাগী লমসিদা নুঙায়বা মঙ

মঙনিঙলমদবসি খন্ননিঙাই অমসুং নৈনননিঙাই ওইরকখি। অদুগুম্নবা খঙনিঙবা ককঙাওনবা কয়া শোংনা লৈত্রবসু ঈশৈ নোংমাইদা উংনরম্মী হায়বগী খুদমদি ফজনা লৈরম্মী। ঈশৈ নোংমাইদা থারাই য়াউবা অদুগুম্না মতমদুদা থৌওইনা সাহিত্য চর্চাগী লমদা লৈনরমদে। সাহিত্য সংসদনা শিনলাংখিবা সেমিনার কয়াদা মতাংসিদা নৈনখি। আয়াম্বগী মোত-তা মতমদুদসু সাহিত্য চর্চা তৌনরম্মী হায়বগী খুদম কয়া পুখৎতুনা মখোইনা ইরম্বা ফোঙলম্বা লাইরিক কয়াগী মমিং মথা পিখৎতুনা শৌগৎলি। বাংলাদেশতা সাহিত্য চর্চাগী লমদা বিশগাঁওদা পোকপা মণিপুর সাহিত্য পরিষদনা 'সাহিত্যভূষণ' উপাধি পিরবা কৈথেলাকপম চন্দ্রকুমার সিং অমসুং ভারত ইমা-গী সম্পাদক ওইবিরম্বা শ্রী ধুম্র রায় বু বাংলাদেশতা মণিপুরী সাহিত্য চর্চাগী লমদা মখোইনা লমজিংবনি হায়বগুম লৈথোক লৈশিন তৌবা রাহৈ কয়া খোইরোম কামিনী কুমার না নৈনবা 'মণিপুরী সাহিত্য চর্চাদা বিশগাঁও' হায়বা রারেংদা চনশিল্লী। শেরাম না ইবদসু থেংনহল্লী।

হায়রিবা রাফম অসি বাংলাদেশকী মণিপুরীশিংনা চাওথোকচরবসু নাতৈ চাদবা মতাংসু ওইরকপা য়াই। মরমদি বাংলাদেশতগী মাইগ্রেট ওইখিবা মীওই কয়া মপান্দা অফাওবা মীওই কয়া ওইখিবা য়াউই অদুবু মখোয়শিংদু লমদম অদুগী সংস্কৃতিদা চুশিনখি। খুদম ওইনা ভারতকী বাংলা সিনেমাদা ফাওরবা সুচিত্রা সেনগী ময়ুম বাংলাদেশতনী অদুবু ঢাকাগী বাংলা সিনেমা-দা ফাওজবদি নত্তে। অতৈসু পনবা য়াই মিঠুন চক্রবর্তী গী মীং। বাজনীতিগী মতাংদসু মমিং য়াম্না চৎচরিবা পশ্চিমবঙ্গগী চীফ মিনিষ্টার জ্যোতি বসু রাজনীতিগী কল্লবা চুক্কী পাইবদা মমিং হুল্লিবা মীশক মীওই অদুমক্কী ময়ুম বাংলাদেশতনী অদুবু শুপ্নগীদি ভারতকীনি। অদুগুম্না বিশগাঁওদা পোকপা ওজাশিং সাহিত্যদা মখোয়গী খোঙথাং য়াম্না কন্না থাংলবসূ বাংলাদেশকী মণিপুরী সাহিত্য চর্চাগী যুমফমদদি মখোয়গী থৌদাং লৈফম থোকতে।

বাংলাদেশতা মণিপুরী সাহিত্য চর্চা হৌরকপগী মৈহৈরোল থিজিনবনা তারবদি খৃষ্ট চহি ১৯৭৫ গী মে' গী তাং ১১ দা ভানুগাছকী মঙ্গেমখোং নয়াপত্তন প্রাইমারী স্কুলগী লম্পাক্তা সাহিত্যবু নুংশিবিবা মীওই পুন্দুনা লিঙখৎখিবা সংস্থা অদুগী মীং 'পুজারী সাহিত্য সংসদ' কৌই। সংস্থান অদুনা চহিদুদা ১৬ই ডিসেম্বরগা মরি লৈননা চেফোং 'দ্বীপান্বিতা' পুথোকই। মথংদা 'পুজারী সাহিত্য সংসদ' মীং ওনথোকতুনা 'বাংলাদেশ মণিপুরী সাহিত্য সংসদ' অমসুং 'দ্বীপান্বিতা' গী মীং 'মৈরা' ওনথোকখি।

খৃষ্ট চহি ১৯৯৮ ইংদা মৈরাগী খোঙচৎ চহি ২৪ (কুনমরি) হায়রে। চহি কুনমরিসিগী মনুংদা বামসাসনা পায়খৎখিবা থৌদাংসিং করি করিগুম্বা মতাংদা মীয়াম্না মান্ননা খনবা অমদি লৌখৎলিবা থৌদাংদুবু তরাম্না লৌশিনবা ঙমখিরমদে। শন্না হায়রবদা মরিক চুম্নবা রাখল কয়া খঙমিন্নবদা অমসুং লৌশিনবদা চয়েৎহনখিবা য়াওখি। বামসাসনা সমাজকী চৎথগদবা থৌদাংদা মতমগা চানচুননা রাখল কয়া পুশিনবা হৌরকপা মতম অমদা খ্বাইদগী হেন্না মৈচাক রাফম ওইহনখিবা 'উপজাতি' হায়বা মতাংসিনী। হায়রিবা মতাংসিগী মরমদা লৈরক লৈরকতা মুকুম মুকুম ঙাংনরগা পঙখৈ অমা থিখিরম্মী বামসাস'কী মরী লৈনবা কাঙলুপ অমদি মীয়াম আয়াম্বনা ফিরেপ নাইনা চৎথবা অমসুং মদুগী অতাংবা, শোইফদ্রবা পঙখৈ পামলম্মী।

নমফুদা শাজিনবা মীত্রংগী পঙখৈ তাবা অদুনা জাতিমগী কান্নবা পুরকেলোই হারবসি

লাওথোকপা ঙমলম্মী। রাখল খনবদা হৈনগনবা কাঙবুশিংদি মরম কয়াদা মশা কয়াদা রাখল ললোনবা ঙম্মী। অদুগুম্বা রাখলগী চিরবা তাংকক অমদা অমুক মৈচাক হেন্না চাকখ্রবা 'বিষ্ণুপুরিয়া' রাফম অসিনা বাংলাদেশতা লৈবা মীতৈ খুদিংমক্কী শিংলিদা ফোং ফোং শারবা ঈ কাহল্লী। 'বামসাস' খোঙগ্রাই শৎনা ফমনা লৈথোককপা হৈনগনদবা মরম ওইবদুনা সেমিনার, সিম্পোজিয়ামনা চিংবা পাংথোকই অমসুং মরি লৈননা ডকুমেন্টারী ওইবা থিজিন হুমজিন্দুনা চেফোং পুথোকপা লেপখিদে। বাংলাদেশকী মণিপুরীশিংনা খল্লিবা রাখল খুদিংমক, দেশ অসিগী চুক্লী পাইরিবা সংস্থানসিংগী মকোকতা চঙহনবা ঙমনবা হোৎনবসি ঙসিফাও তৎতনা চৎথরকলী। অমরোমদনা পুথোকখিবা চেফোং খিবিকসিনা মণিপুরীনা খুন্দাদুনা লৈবা লমদম খুদিংদা চেতনাগী থোংজাও হাংদোকপা হৌখিরম্মী। অনৌ-অনৌবা আইডিয়া কোকতা ফাওহনবা ঙমখি বাংলাদেশতা অহানবা ফোঙবা দীপান্বিতাগী মতেংনা। সাহিত্য চর্চাগী লমদা কনা কনা দ্বীপান্বিতা চেফোংদা চৈকোকতগী ইবা হৌরকলম্মী মখোইগী মমিং খরা নিংশিংবা ঙম্মীবরা য়েংথোকপা য়াই। মদুদি-মাইবম তলেন: শ্রীমতী রায়; আর কে মনোরমা; সইবম মঞ্জুশ্রী; লাইশ্রম নরেন্দ্র কুমার সিংহ; এল, জয়ন্ত; তৌরেম রবিন; এইচ, বীণারাণী দেবী; বাহেংবম বাসন্তী দেবী; কেএইচ, ইন্দ্রকুমাব সিংহ; ডব্লিউ, শান্তি সিনহা; কে, সুবোধ সিংহ; এইচ, ফাল্গুনী সিংহ; ফানজৌবম লালবাবু; এন, জে, কেশ্বর; য়েনশমম শান্ত কুমার; এ, কে, শেরাম; শামসুন্নাহার (মিতা); এইচ, রঘুমনি; এল, রাজেন্দ্র; কেএসএইচ, সুভাস; জয়নাল আবেদীন; শালাম, গুনধ্বজ; কে, সানাতোম্বী; শ্রীমতী ছায়ারাণী; ফানজৌবম অরুণ; অরাম্বম প্রভা সিনহা; এন, রাধারাণী; এন, বি, খোইরোম; সরাইজম প্রমোদ রঞ্জন সিংহ; সরাইজম, তারিণী কুমার; শেবাম শরৎ কুমার; খোঙখাতাবম শ্রী নবকিশোর শর্ম্মা; য়েনশমম ইন্দ্রমনি; এ, পূর্ণধন; সেরাম সারদা; সাইরেম ইবেমতোম্বী; কে, ধৃত কুমার; মৈতৈ ফিলিপস; থোকচম জীতেন; এইচ, সনাতন; এল, পদ্মামণি; কারাম নীলবাবু; ই, রবিন। মখোয়সিংগী মনুংদা আয়াম্বনা ইখিদ্রে। কনা কনাগুম্বদি ই-পাও খংনদবাফাউ য়াউরে। মথংদা মৈরা চেফোংদা নহারোল খরগী মীং পন্নিংঙি মদুদি-শেরাম, নিরঞ্জন; নামব্রম শংকর; হামোম প্রমোদ; এন, যোগেশ্বর অপু; শেবাম, রিপন; এল, কৃষ্ণা দেবী; টিএইচ, কৈনাহল; অহৈবম রনজিৎ সিংহ; অ, গুণমণি। নিংশিংবা থোকতবা, চিৎথবা য়াওরমগনি। ১৯৭৫ ইংদা বাংলাদেশতা সাহিত্য সংসদ লিঙখৎত্রিঙৈদা সাহিত্যগী মতাঙদা খ্বাইদগী থরাই য়াউজবা মীওই খরগী মিং পনবা তারবদি খোংখাতাবম শ্রী নবকিশোর শর্মা অমসুং থোকচম মনিহার (শোনি) গী মীং পনবা য়াই। মখোই অনিসিদি সাহিত্যগী রাখল চেনবা অমসুং মশানা ইনিংবা পোকপা মীওইমনী হায়না শিংথাবা য়াই অদুগা থোকচোম সোনামনি সিংহ লাইরিক লাইশু হৈবা শিক্ষাবিদ অমনি হায়বদি চিংনবা লৈতনা হায়নিংঙি তৌইগুম্বসুং সাহিত্যবু য়াম্না পামজবা মশাবু সাহিত্যদা য়াম্না লুপশিনবা মীওইমনী হায়না দাবী তৌবদি তৌনিংদে। দ্বীপান্বিতা ফোংবগী মখাদা চেফোং পুথোকপা, লাইরিক ফোঙবা হৌরকখিবসী ১৯৯৬ ইংদা লাকলগা 'মীৎকপা থোকপা' চেফোং শিংথাবা য়াবা সার্কুলেশন অমনি। দি মণিপুরী গ্রন্থমালা ১ (মণিপুরী সাহিত্য ও সংস্কৃতি) কৌবা লাইরিক অমা পুথোরকই। লন্নাই ইবা লাইরিক ফোঙবসি খৃঃ চহি ১৯৮২ ইংদা কবি এ, কে, শেরামগী শৈরেং লাইরিকনা অহানবনি।

১৯৯৮ ইংদা সাহিত্যদা মথরাই য়াম্না য়াউজবা ঙাত্তত্রংনবা মরম মহা তাদবা মশাগী ওইজবা থিদবা কবি সনাতন হামোমগী বাংলা কাব্যগ্রন্থ' 'কল্পবধু' অমসুং 'ঈপ্সিত বাসনা' সনাতন সাহিত্য আশ্রমনা ফোঙই। কবি এ, কে, শেরামগী 'চৈতন্যে অধিবাস' (বাংলা কাব্যগ্রন্থ') ১৯৯৩ইং দা 'মণিদীপ্ত মণিপুরী ও বিষ্ণুপুরিয়া বিতর্ক-ইতিহাসের দর্পণে দেখা।' ১৯৯৫ইং দা 'ঈনাৎ পাবলিকেসন্স'না ফোঙবা শেরাম নিরঞ্জনগী-'মঙ মপৈ মরক্তা' অসুম্না অহোকনা থৌনা ফনা সাহিত্য সংসদনা অমসুং ফোঙবা হৌরম্মী। সনাতন হামোমনা ঙাওবা হন্থখিবসি বাংলাদেশতা মণিপুরী সাহিত্যগী খোঙচৎতা খোঙকাপ শোৎথরকপনি। মতম পুনমকতা হামোমগুমনা জ্ঞানমেন তাদনা ঙাওশিন্নবা কবিমতংগী মঙ মঙলিবসি কুইরবনি। অদুবু খংজিনবনা হেনবা মরম্মোকপা মচাঙাক থোকনরকপনা বাংলাদেশতা সাহিত্য ঈচেলদা খোঙবু ওইনা থোরকত্রি। নহা ওইবা কবিশিংগী মনুংদা শেরাম নিরঞ্জন অমসুং হামোম প্রমোদ শৈরেং লাইরিক অমমম ফোঙখ্রে। বাংলাদেশতা মণিপুরী সাহিত্যসি চাওরাক্না খাইদোকপা তারদি নিংতম লান মতুংদগীনি। নিঙতম লান মমাংগী সাহিত্যসি নৈনবা তারদি খরা শেংফাৎতবা ওইনা থোকই। ঐখোয়না নৈনবদা থেংনহল্লীবা কবি শিংগী মনুংদা শ্রী নবকিশোর শর্ম্মাগী মীংদি খরা চঙখোন্না পনবা য়াই। অদুগা কৈথেলাকপম চন্দ্রকুমার সিং অমসুং ধুম্ররায়গী মতাংসি শেংফাত্তবা ওইনা থোকই। নিঙতম লানগী মতুং তাবদা থোরকলিবা মণিপুরী সাহিত্যগী খোঙচৎসি অসুম হায়না খাইদোকপা য়াই, মদুদি-'দীপান্বিতা যুগ' অমসুং 'দীপান্বিতা মতুং মীৎকপথোকপা যুগ।' মীৎকপথোকপা যুগ হায়রিবা রাফমসি কনা কনাগুম্বনা যুক্ষম লৈত্রি অমসুং 'মীৎকপথোকপা' চেফোংসিমক সাহিত্যগী থাকতা চিংশিনফম থোকপ্রা হায়বসি হংনবা লেপত্রি। অদুমকপু দীপান্বিতা মতুং (মীৎকপ থোকপা) যুগ হায়না হায়বদা খুদোং চাফম লৈ। অমবু অমবু ওইহনবা তারবসু দীপান্বিতা যুগ অমসুং দীপান্বিতা মতুং মীৎকপ থোকপাফাও অনি থোকনা খ্যয়দোকপা য়াই। ফোঙখ্রবা চেফোংসিংদা থেংনরিবা অইবশিং আয়াম্বনা নহারোলনি। নৌনা ইরকপা লিখৎলকপা কাংলুপ অমসু য়াওরি। নহা ওইজরিবা তৌইগুম্বসুং মখোয়গী রাখলদি য়াম্না চঙখোল্লী। শন্না হায়বদা দীপান্বিতা যুগতগী হৌনা ঙসিফাও ইনরকলিবা রারেং, শৈরেং, রারী মচানা চিংবা খুদিংমক্তা অনৌবা টেকনিক কয়া পুশিল্লকপা থেংনরে। চাননা ঙকপা ফাওই মরমদি মরু ওইবা মণিপরী সাহিত্যগা শক খঙনদ্রবা বাংলাদেশকী মণিপুরীশিংনা সাহিত্যবু নুংশিদুনা মখোঙ শোমগনী খন্না ইনরক্লিবা অসিনা মরু ওইবা মণিপুরী সাহিত্যদা থোইনা হেন্না ইনোৎ হাপচিনবনি হায়বসি মণিপুরগী মিংচৎলবা ওজা নীলকান্তনা মৈরাদা ইবিরকপা চিঠি অমদা অসুম্না হায়বা থেংনৈ - 'করিগীনো খঙদে-কাছাড়, নগাঁও লমদমগী মণিপুরী লেখকশিংগী অইবদা থেংনদবা সুব অমা ঐঙোন্দা তত্তনা ফাওই।' অসিনদি ঐখোয়না শেংনা হায়বা ঙম্মী মদুদি বাংলাদেশতা ফোঙলিবা লাইরিক লাইশুগী থাকসি মসিং লিকচরবসু মণিপুরী সাহিত্যদা থেংনদবা সুর অমা পিশিনবা ঙম্মে। হৌজিক ঐখোয়না চৎথগদবা থৌদাং হায়ববু মণিপুরী সাহিত্যবু মরোল থোকনা সুর হাপ্পা অরগদি চংঙিবা মচাকশিং অসিনি খ্বাইদগী লুরিবসি। মসিদনী সুর থোকপা থোকতবা খন্নগদবসি। লাইরিক লাইসু ফোঙবা ইবা হায়বসিতবু অফোঙবা, নমথোকপা হায়বমা ইচংতা চঙদুনা লৈরবনী।

বাংলাদেশতা ফোংনরিবা চেফোংশিং অসিনা থৌওইনা শেন তানবগী থাকতা ইপু পুশিনবা য়াদবা, চাননা মাংজবা নত্তনদি অতৈ অতোপ্পা খল্লুবা য়াদে। কনাগুম্বনা ফোঙদোরকপা থেংনদ্রি। ঐখোয়গী লাইবক ফবা মতাং হায়ববু সনাতন হামোমনা তং তাদনা সাহিত্যদা ঙাওরিঙে মতম অদুদা এ, কে, শেরামগী বাংলা কাব্যগ্রন্থ ফোঙবগী অচেৎপা ৱারেপ অমা ঙাকতুনা লাইরিক ওইনা পুথোকপিখিবা অসিনা বাংলাদেশতা মণিপুরী সাহিত্যগী লমদা (বাংলা ওইজবরসু) কদাইফাও শিংথাবা য়াবা থৌদাংনো হায়বদু লাও খোংনা হায়বতনা পেনফম থোকতে। 'ঈনাৎ পাবলিকেশন'গী থৌনা ফবা থৌদাং খরসু থাগৎনিঙাইনী। মখোইনা ফোঙখিবা শৈরেং লাইরিক অনিনী। চাওখ্রবা মখোয়গী মোটিভ অদু নোঙমা নোঙমগী মমি শামী ওইনা লৈথোকখ্রে। মখোয়না তুমিন্না লৈথোকখিবা অসিনা কদাইফাও তুং কোইগদবা হায়বা ৱাহং অমনা চিংনবা পোকলকলে। তৌবগিদি ঐখোয়না সাহিত্য সেবা মতোন লোম্না চৎথগে হায়না খনবমক তারদি প্রকাশনা সংস্থা অমা কমার্শিয়াল পোয়েন্ট অফ ভিউদগী শাগৎফম তঙায়ফদবনি হায়রিবা ৱাফম অসি ওইথোকতবনী হায়নসু চিংনবা ফাওহল্লী। অদুবু খন্না নৈননা য়েংবদা মসিমক নত্রবদি সনাতন আশ্রম অমসুং ঈনাৎ পাবিলকেশনগী মওংদা লেপখিবা য়ুমফমদা নোমনা, ইন্না তাদবা, হোৎননা, শৌগৎনা অমুক ওইথোকতবগুম ওইরক্কনী হায়বসি উবা ফংঙি। দি মণিপুরী (মণিপুরী কালচারাল ডেভেলপমেন্ট, প্রমোশন এন্ড স্টাডি সেন্টার) সু অদুমকঙাই। লাইরিক লাইশু ফোঙবগা মরি লৈননা খঙজনবা, হৈনগনবা কাঙবু খরনা পুল্লগা প্রকাশনা সংস্থা অমা শাগৎতনদি ঐখোয়না থেংনগদবা পেনদবসিং হায়না লোইশিনবা য়াবোই। মতমগী চান চুননা খল্লিবা মেসেজশিং অতিয়াদা তিনখিনি। সমাজ অমসুং ইজাতিগী মফমদা মতম চানা মেসেজ থমলম্বা ঙমলোই। মরম অদুনা কম্পিউটার প্রজেক্ট অমগী মতেং লৌবগা শেনদোং লম্বীগা মরি লৈননা মণিপুরী সাহিত্য চর্চাগী খুদোং চাবা লৌবগদি চেফোং কন্টিনিউ তৌবা ঙমগনী অমসুং লন্নায় লাইরিক পুথোকপদা অপনবা ওইবোই। মসিগী থৌদাং অসি পায়খৎপা তাবদা মক ওইনা চংঙিবা ৱাফমসি শেনঙাক নত্তে-প্রজেক্ট অদু তঙায়ফদনা অপারেট তৌবা অমসুং কমার্শিয়াল ওইবা তাই। মসিদা মেনেজমেন্ট হায়বা চাওরবা ৱাফম অমসু চংঙিবনি। চুম্নগী ডনাব ফংলবদি ফংঙে নত্রবদি মীওই খরনা অপুনবা শক্তম লৌবগা ফজবা মাষ্টার প্ল্যান অমা লৌথবগা কম্পিউটার সেন্টার হাংবগী তঙায়ফদবা থৌদাং পায়খৎনবা হোৎনবা ফৈ।

মসি নত্তনা অমসু খন্নবা য়াই মদুদি ইবা খোৎপগা মরি লৈনবা কাঙলুপ অমা শাগৎলগা অরেপনবা শেনখায় থাংগৎনরগা চহি চহিগী অরিকপদা লনাই লাইবিক ফোঙবগী থৌদাং পায়খৎপা য়াই। পুকচেল লিংজেল মান্ননা হোৎনরবদি বাংলাদেশতা মণিপুরী সাহিত্যগী চেফোং লাইবিক মশিং নোংমা নোংমগী চাং হেনগৎপতা নত্তনা লাইরিক ফোঙবগী লমদা অনৌবা খোঙথাং হাপ্পা হায়বদু থোক্কনি অমসুং মণিপুরী সাহিত্যগী লম্পাক্তা চাওরবা নুংখিলমনি হায়না শিংথাননী।

# ষণ পাবোত'মা

*ওয়াহিদ মুরাদ-না ইবা দু'টি গরু কৌবা অনুগল্পদগী হন্দোকপনি*

সনাতোম্বা। লৌ উজে। মশাগী লম নৎচদে। লৌশান্নি। লাম্বা কাইখিনা মশানা ষণগী মহুৎ শিনজৈ। মরেংবান্দা লেংজান থাংঙি সনাতোম্বা। নাম্মনা ষনদা। মীগা ষণগা লাম্বা ওইনা লৌ শাল্লী। অমগী মতেং অমনা শিনদোক শিনজিন তৌদুনা। লৈবাক্কী অচানবা মন্ত্রী। মরক ময়াদা খুলক খুয়াদা, কৈথেন মাইথেন্দা লাকথোক্কল্লী। খুনলৈদা কুমদুনা মশানা য়েংঙি। ক্যামেরাম্যান লোইনরকই। মীগা ষণগা লাম্বা ওইনা সনাতোম্বা ষণপোৎ ওইবগী মওং মতৌদু উরুবদা ক্যামেরাম্যানগী মমিৎতা চুশনখি।

তশতেরি। জাতীয় পত্রিকা, খবরদা ছবি কারে। অউবা খুদিং করিনো তৌরিসে হায়বা বাহংনা লৈবাকসি ফুম নোমনৈ। কনাগুম্বনা হায় লৈবাকসি শাথিনা বানরে ; হা উরোক মাংশু লাং তুংশু তেন হায়বদো থোকলবোইরে। কনামসু হায় - আঃ ... সনাতোম্বা হায়বা নিপাসি অহোকনা রানা লেনবা ওইরে। কনামনা হায় - লৌশান উবা লৌমী হায়বসিতবু মরাইবকতা অসুম থোক্কনবনি। রাফমসিনা যুমফম ওইরগা রাজনীতিগি চিরোন শানবা ঙম্মদি মীয়ামগী অয়াবগী চাংসি চাদ চাম্মনি ওইগদবা। সনাতোম্বদি করিসু খঙদে। পাওসু ফংদে। পত্রিকাদা কারকপা সনাতোম্বগী ইপাও য়াওবা কপি অমা যুমলৈ কৈরৈ লোন্নবা নহারোল অমনা লৈ। সনাতোম্বনা কৈথেল কারকপদা থেংনবদগী পত্রিকাগী কপি অদো পিবী। সনাতোম্বদি উদগী তারকপগুম পঙখিরম্মী। ঙকপোই লাকপোই তিঙক মাঙক মশাগী ছবি য়েংজৈ। ষণগী মাইথোংগা মাক্কী শকফমগা মান্নরিবা মান্নদ্রবা হায়না। লেংজান চিংবা খুৎচিংদা ষণনা হেল্লিব্রা মীনা নোপ্পীব্রা ? সনাতোম্বগী রাখলদা মীওইবা সনাতোম্বসি নোপ্পা উবা ফংঙি। বানা শোন্ন লেকখনা উখ্রে। হুমাং অনপ্পী কারবা সনাতোম্বা। নোঙালমদাইনি। মীকপ থোকলকপা মতমদা সনাতোম্বগী নুপীনা মন মখাদগী পত্রিকা পুথোরকই। অদুক থেংথ্রবা অহিংদুদা পত্রিকা য়েংবদু উরুবগা সনাতোম্বা শাওনিংখিরম্মী। অদুবু উইরুম উইরুম তৌদুনা মাক্কী নুপীগী মওংদু য়েংলম্মী। থাওমৈ মুখু পুশন্দুনা পত্রিকাগী ছবি য়েংলম্মী। মৌ নৌরিঙৈ, কে মৌরগা মথোনতা মমোন নোকচবগুম্মী। খংপ্রেক খংনা খুদোম্বীনা চক থিল্লগা সনাতোম্বদা হংলকই - হ্যায়, য়েংঙোই - ষণশিনা না য়েকশিল্লকলদি কমদৌনিহে। দু'দি নঙগা ঐগা থাবল ফবা নুংথাংদা লেংজান ঙকশমদা থাংগৎতুনা পাঙ তিংঙে হায়রগা লৌ উবা তাই। ইচা নিপা বুঙোবু লাঙ্গল খুৎশু কন্না নম্না পাইহনবা হায়বদুনি। হ্যায়, নাখোনে - ঐখোয়না অদুমনকা তৌরিঙৈদা ফোটোক কাপ্পা নিপাদুনা কাপখিবা তারদি কমদৌনি। সনাতোম্বা মুন্না খল্লগা হায়রকই - কাপচবা হায়বদুনিনা। টেলিভিশন্দা ঐখোয় অনি পুখৎকনি। সনাতোম্বগী করেম কথাই তৌবা বাহৈদুগা মাক্কী নুপীনা নুঙায়রিদ্রা খঙবা ঙমখিদে - থাওমৈ মুখুদু কেবোসিন কঙখিনা মতোক চাকনা ঙাংশিল্লকখি।

# মকোকনা হৌগদ্র নত্রগা মমৈনা মকোক থংগদ্র

মীতৈলোনদা রারী পিক্র হায়না মীংথোনবা বাংলাদনা অনুগল্ল হায়না চংলবা ষ্টাইলসিদা য়াম্না খুমাং চাওশিন্না ইবা ঙম্বা জয় আকন্দকী অফদম লৌনা ইবা খুৎইদ্রি। রারী পিক্র করম হায়না ইবা য়াই হায়বগী চাংয়েংনি। নৈনরিঙৈ নৈনবা য়াবগী থোকতা লৈরী। টু-ইন-ওয়ান বারীনি রারী অমত্তা ওইজরবসু মওং অনি থোকনা রারীগী মখুৎ থোকহল্লী। রারীসিগী ফিরেপ অরোইবদগী লৌখৎলগা মথং মথং কাখৎলকনা, শাগৎলকপা রাখল মওং লোইনা খেন্নহল্লী। তোপ তোপ্পা রারী মওংমদা লেপ্পে। 'মকোকনা হৌগদ্রা নত্রগা মমৈনা মকোক থংগদ্র' হায়না মিংথোনবা রারীসিগী অহানবা শরুক 'ওনথোকপা মমৈ মকোক' অসিনা মরু ওইবা বাবীনি হায়না লৌবা তারদি অনিশুবা শরুকতা 'মকোক মমৈ ওনথোকপা' হাইবসিনা মরু ওইবা বারীসিগী ওনথোকপা রারীনি।

### ১.১ ওনথোকপা মমৈ মকোক ঃ

লম্বী য়ামখ্রে তৌইগুম্বসুং হৌবকফমদি অমত্তনি। অদুননি ইশিং পুনমক পুল্লবী সমুদ্রদা। হাইনৈ- মপান নাইদবা ফিবান- পুনমকতগী চিশলকপনি। হৌরকফম থিনবী, লংলা লংজিন পুথোকনবী, হংনরী থিনরী লিতাং মাক্কী মাক্কী থোকপা লম্বীদা। অতিয়াসু সমুদ্রসু মপান নাইদে, নত্রগা, মিৎনা উবদা অহাঙবগী অহাংবঙাক ওই। ইথক ইপোম শানহল্লী, শংবানহল্লী, নোং মপৈ মপৈ পাইদুনা অতিয়া শিনথুংনা।

অপেনবগী লমায় কাংথোকপা বানৈ। থুগায়নকরলি ঙমখৈ। খঙনা উনা হোৎননা হোৎননা নিংথুংঙু য়াদে। হেন্নদুম পেনদে, চান্ননা চাকপা হেল্লী। মাকপুতা খল্লবদা। রাখলদা অপেনবা পোকই, চুম্বী, নুংশিবনা অপেনবনি, মপুংফাবনি- অনুননি অমনা অমবু নুংশিনরিবা।

অখঙবা শককনা মপুং ওইবগা খঙদববু থিগৎনরি পম্বুংফমতম্না।

### ১.২ মকোক মমৈ ওনথোকপা ঃ

পম্বুংফমতম্না থিগৎনবি খঙদববু মপুং ওইরগা অখঙবা শককনা।

নুংশিনবিবা অমবু অমনা- অদুননি, মপুং ফাবনি, অপেনবনি, নুংশিবনা চুম্বী, অপেনবা পোকই রাখলদা। খল্লবদা মাকপুদা। হেল্লী চাকপা চান্ননা, পেনদে হেন্নদুম। নিংথুংঙু য়াদে হোৎননা হোৎননা, উনা খঙনা। ঙমখৈ থুগায়নরকলি। বানৈ কাংথোকপা লমায় অপেনবগী।

অতিয়াশিনথুংনা পাইদুনা মপৈ নোং, শংবানহল্লী, শানহল্লী ইপোম ইথক। ওই অহাংবঙাক অহাংবগী উবদা মিৎনা, নত্রগা, নাইদে মপান সমুদ্রসু অতিয়াসু। লম্বীদা থোকপা মাক্কী মাক্কী লিতাং থিনরী হংনরী, পুথোকনরী লংলা লংজিন, থিনরী হৌবকফম। চিশলকপনি পুনমকতগী- ফিবান নাইদবা মপান- হাইনৈ সমুদ্রদা পুল্লরী পুনমক ইশিং অদুননি- অমত্তনি হৌরকফমদি তেইগুম্বসুং য়ামখ্রে লম্বী।



মৌলভীবাজার জেলাগী মনুং চনবা ভানুবিল খুন্দা ১৯৫৫ইংগী থবানদা পোকপনি। আমুজাও ঐবু পোকপা পাবনি। অমুবী নাওকোনবী ইমানী। খোইরোম শাগৈনি। চন্দ্রকলা ঐগী অবা নুঙায় পুন্সিগী খোঙচৎ খুদিং শাগোন্নরিবনি। লেইশেম ইচানুপানি। লিকলা ইচানুপিনি।

বাংলাদেশ মণিপুরী সাহিত্য সংসদ লিঙথৌজেদগী য়াউদুনা লাকখিবা খোঙবুনি।

---

ফটোগ্রাফ : মাইবম অবিনাশ সিংহ

[illegible]